[illegible]

# জেনেরেল লোংজম রোমাসিং

খোমজিনবা ঃ

ডাঃ ৱাইখোম রোমেশ

লোংজমচা সেনপোংকাইপোং সনাথোই পীবা

লোংজম অরুন

জেনেরেল লোংজম রোমাসিং মেমোরিয়েল ট্রষ্ট

ইম্ফাল , মণিপুর ( কংলৈপাক )

# GENERAL LONGJAM ROMASING




*Published by :* **Longjam Arun @ Somorendro**
Keishamthong Longjam Leirak, Imphal-795001 Manipur



Price : Rs. 100/-

## *জেনেরেল লোংজম রোমাসিং*

*অফোংবা* : **লোংজম অরুন @ সোমোরেন্দ্রো**
কৈশামথোং লোংজম লৈরক, ইম্ফাল ।

*অহানবা ফোংবা* : ২০০৬

*মমল* : ১০০ /-

*লাইরিক ফংফম* : *অফোঙবগীদা অমসুং রাজেস বুক স্টোর,*
গোর্ভনর লন্থী, ইম্ফাল ।

*অতৈ লাইরিক য়োনফমশিং ।*

---

মোনিকা প্রিন্টর্স, কৈশামথোং কৈথেল, ইম্ফাল ।

ꯁꯟꯇꯃꯒꯤꯗꯃꯛ,
ꯁꯀꯎꯈꯤꯗ꯭ꯔꯕ ꯆꯥꯟꯃ-ꯆꯥꯟꯃ
ꯁꯀꯈꯪꯗ꯭ꯔꯤꯕ ꯆꯥꯟꯃ-ꯆꯥꯟꯃ
ꯅꯈꯣꯌꯒꯤꯗꯃꯛ ꯀꯠꯈꯣꯛꯆꯔꯤ
ꯂꯥꯏꯔꯤꯛ ’ꯁꯤꯃ ॥

শন্তমগীদমক,
শকউখিদ্রবা চান্ম-চান্ম
শকখংড্রিবা চান্ম-চান্ম
নখোয়গীদমক কৎখোকচরী
লাইরিক ’সিমা ॥

# মপুঙ ওইবা ৱারোল

ইহান হানবা ইপুধৌগী য়ুম্লাক 'লোংজম' হায়বা অসিনি। জেনেরেল লোংজম রোমাসিং ইপুধৌ অসিগী থক্কী ওইবা পারী পুরীগী হৌরকফম মীরোল অমসুং মহাক্কী মচিন মনাউশিংনা পোকলম্বা মচাশিংগী ৱা সমপৎনা মখাদা থমজরী।

শকনাইরবা মরৈপাক নিংবা অথৌবা কয়াগী ৱারীদা লংলা লংজিন পুনবা, ময়েক শেংদবা ফীভমদা য়াদবদগী ৱাংহৌবা কোঙ্গাই অমসু শোয়দনা লৈরমখিনী। অদুবু ফনমক ওইদুনসু ইপুধৌ লোংজাম্বা রোমাসিং জেনেরেলদি কৈশামথোং লোংজম লৈরক অসিদা লৈরক্কুনা, মমা লৈপাক্কীদমক্তা মীংচৎ উরোং খিল্লম্বশিংগী মনুংদগী য়াম্না মরুওইরিবা অমনি। অসিগুম্লবা মপারী অথৌবা মহাক অসিগী কনাগী চাদা নাউদানো হায়বসিগী মরমদা "পীবা ইমচংবা" কৌবা লুৱোংচমগী মৈহৌপারোল, অঙোমলোলনচিংবা অতৈ অতোপ্পা লাইরিক কয়াগী মতুং ইন্না অঙোময়েক সল্লাই ওইরকখি। পুরৈরোম্বা হঙ্গেললোংনা থাবদগী "লোংজম" গী অহৌবা য়ুম্লাক তারকপগী হৌফম লুৱাংচমলোল চৎথরক্লে । অসুম্না মথং- মথং শমথরকপনা মীরোল / পুরোল ১৯ সুবদা পোকপা "লোইচা" কৌবা ইপুধৌনা মোইরাংথেম চনু পান্নদুনা মজাইবুংঙো মরি, ১। ঙাংবা, ২। লুৱোং, ৩। মুবা, ৪। সোনবা অসি পোকই ।। মজাইবুংঙো অহল ঙাংবা য়ুমলেলগী সুথাং অহুম তারকপদা (ক) অরোই, (খ) অচৌ কৌবা মজাইবুংঙো অনি পোকই ।

হায়রিবা "অরোই" দগী শন্দোকখিবা ঈনা ৱাঙ্গোই লৈসাংখোংতাবা অমসুং লাইবেল্লাকপম চীংনাং খোংনাংতাবা হায়না খঙনখ্রে ।। অদুগা "অচৌ"গী ঈনা থৌবাল তাবা লোংজম হায়না খঙনরে ওইরে ।। মথং " ঙাংবা" য়ুমলেলগী মনাউ ' লুৱোং ' য়ায়মবদগী ৱাংখেম অমসুং য়ুমখাইবম হায়বা য়ুম্লাক অনিসি য়েনখ্রে ।। অদুগা অহুমশুবা ইপু "মুবা" গী ঈনা লাংজীং চীংদা তোংবা লাংচিংতাবা লোংজম পুকয়ুহৌবম ওইখ্রে ।। খ্বাইগী ইতোন তোনবা "সোনবা" দি মচা মশু থনমদে ।। লোংজম হায়বা য়ুম্লাক অসিগী হৌরকফম লৈফমদি, অহানবদা ৱাঙ্গোই লৈশাংখোং তাবা ।। অনিশুবদা থৌবালতাবা ।। অহুমশুবদা লাংচিং তাবা হায়রিবা খূৎ অহুমশিতনি ।।

পিজরিবা অসি লৈপাক্কী ওইরবা লোংজাম্বা রোমাসিং জেনেরেলগী মথক্তা ওইখিবা পুৱারী অমদি মখাদা লাক্কদবদা চারোল শুরোলগী মমিং মথা সমলপনা খরদংগা থমজগে ।। পুরোল ২৬ শুরকপা "অকোই" না খোংবানতাবম চনু অমানো। য়ামবেম চনু অমনে ।। খুন্দ্রাকপম চনু অমনে অসুম্না ইবেন ৩ অসি পান্নে ।। খোংবানতাবম চনুনা "চীংকোইপা" পোকই ।। য়ামবেম চনুনা "লিলাসিং" পোকই। খুন্দ্রাকপম চনুনা "খাবা" পোকই ।। অতোনবা মচানুপা "খাবা"না ইবেন অহুম

১। মোংপিজম চনু লালিতা, ২। অসেম চনু যশোদা, ৩। অমোম চনু চন্দ্রমালা, পায়দুনা অহানবা লালিতানা মচানুপা অহুম (ক) জগৎসিং পীবা উরুংপুরেল, (খ) রোমাসিং জেনেরেল, (গ) দামোদরসিং পোকই। অনিশুবা যশোদানা "খুরসিং" অমদি "হরিসিং" কৌবা মচা নুপা অনি পোকই। মখোয় অনিদি ময়াংলৈপাক্তা লৈখ্রে ।। অদুগা ইবেন চন্দ্রমালাদি মচা পোক্তে। মচা অহল শাগেগী পীবা জগৎসিং উরুংপুরেলনা তাইপংজম চনু পান্নদুনা চৈত্যনাসিং। সৌরসিং হজারী। মোহোনসিং কৌবা মচানুপা অহুমসি পোকই। অতোনবা মোহোনসিংনা শ্রীযুক্ত দেবেন্দ্রসিং মহারাজ লোইকোমলেল পামহৈবগী মজাইবেম্মা অম্বাবতি পান্নে ।। ময়াম্বা অনিশুবা ময়ুম- মকৈ পাল্লি অদুবু মখোয় অহুমমক মচা মশু থনমদে ।। মচা অতোনবা "দামোদর"না অথোকপম চনু কুঞ্জবতি পান্নদুনা মচানুপা মরি সংতাসিং, চাওবতোন, মাধপসিং, কাহ্নাইসিং পোকই ।। ময়াম্বা অনি অদুগা মনাউ অতোনবা মখোয় অহুমদি ময়ুম পানদে ।। মীরোল ২৯ শুবা মাধপসিংগী মচা মশু সুথাংদি হৌজিক ফাওবা লোংজম লৈরক অসিদা লৈরি ।। য়াইম্বা মচানুপা পুরোল ২৮ শুবা রোমাসিং জেনেরেলনা, ইবেন ৭ পান্নদুনা মথং শিংনা মচানুপা ৯ পোকই। মখোয়শিংদুদি ধর্ম্মবীবসিং উরুংপুবেল (ফুনাল সেলুংবা), দামোদরসিং, গনদ্ধাপসিং, ফৈরাসিং, পাথসিং, হেরিসিং, নানৌ, অমুরাবা, গুলামচাৎ (খেদু) অসিনি ।। মখোয়শিং অসিগী মচা মশু শুথাংশিংনা মীরোল ৫ / ৬ শমথরক্তুনা ঙসি ফাওবা কৈশামথোং লোংজম লৈরক্তা লৈরীবসিনী।

### *থোংনম্বোম্বী শেমগৎ শাগৎপদা জেনেরেলগী মচা ইবুংঙো ঃ*

ইধৌ রোমাসিং জেনেরেলগী মজাইবুংঙো অহল ধর্ম্মবীরসিং উরুংপুরেল (ফুনাল সেলুংবা) না খ্বাইরমবন্দ কৈথেলদা লৈরিবা থোং অসি অদুঙৈ খাগীসিংনা, মৈদিংঙু ম্নাহিহোনহলবা পোইরৈনিংথৌহলবা ইনিংথৌ খাগেম্বা খৃঃকুমঃ ১৫৯৭- ১৬৫২ গী ম্নাহাক্তক্তা শারম্বদগীনি হায়না থাজনরিবা থোংনম্বোম্বী অসি মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি ম্নাহাক্তক্তা অকনবা য়ুহার হাবা অমদা নিংখায়রবদা, নৌনা শেমগৎ শাগৎপগী মতাংদসু চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না পল্লী ।। "খোরিখুন চাওবগী কুম শক ১৭৭৬ (খৃঃকুমঃ ১৮৫৪) পোইনু ১০ নি য়ুমশকৈশদা শ্রীযুৎ মহারাজ য়াওনা চেক্কী থোং শাবা হৌএ ।। জেনেরেল লোংজাম্বা রোমাসিংগী মচা ইবুংঙো লোংজমচা ধর্ম্মবীরসিং উরুংপুরেলনচিংনা লৈকাই লান্মী শংশালোই ৩ বু খূৎ ওইনা শাহল্লে ।। থোংখোংদসু "শেল চাই" ।। অদুদগী হৌনা ঙসি ফাওবা থোং অসি উবা ফংলিবনি ।।

### "চাওরাকপা মীৎয়েংদা ইপুধৌ রোমাসিং জেনেরেলগী মতম"

চিম্থাং য়ৈনা অহল লমনশিংনা লিনরকপা ৱারী ঐখোয়দা লিবীবম্বদা ইপুধৌগী মীং অসি "লোমা নত্রগা রোমা" কৌই ।। ফম্না মেঞ্জরনি হায়বীরম্মী ।।

ময়াংদগী থোকলক্লগা চন্দ্রকীর্ত্তিনা মতোম্মতা খোঙনা তৌপুলদা লাক্লুনা ইপুধৌবু রোমাসিংগী মফমদা ইপুদি ইপাবুং স্নাখ্বাদা দিখ্যা লৌখিবনি, ইপুনা গুরুগী মচাদা খৃৎলাই থাবা অসিবু ধৰ্ম্মগী মীৎয়েংদা হায়রগা খুরুম্মকপদা, ইধৌ রোমাসিং মেঞ্জরনা এ- এ গুরুগী মচাদা শিৎসানা রাজগদিগীদমক্তা খুরুমগদৌবনি হায়রদুনা মশু মপু খুরুম্মীন্নে ।। মতাং অসিদগী ইধৌ রোমাসিং ধৰ্ম্মাগী পঙথাদা য়েংদুনা শ্রীযুক্ত দেবেন্দ্রসিং মহারাজদা হন্দক্কী লানফমশিদি গুরুগী মফমদা খৃৎ থাবা থোকপনা ননাই ঐহাক্কী পোৎথজরগে হায়দুনা চিঠি ইরগা তৌপুলগী তেঙ্গোন্দগী ইধৌ রোমাসিং মেঞ্জরনা মাগী খোঙলোই লাম্মী খরা ম্নাকোনুংদা থাখি ।। চিঠিগী পাউ অসিদগী মহাবাজ দেবেন্দ্রসিংনা মথাৱাই নুংঙাইতদুনা লোংজমদা শাপ্ তৌবম্মী হায় ।। লোংজম নহোইদি লিন্দু হাৎত্রিঙৈদা হাৎলো হায়রম্মলগা ম্নাকোনুং থাদোক্লুনা ধাকাদা চৎখি ।। অদুদগী "ধাকা তাবা" হায়না খঙনখি হায়বা ব্রাফম ফাওবা শাগৈগী অহল লমনশিংনা ঙসি ফাওবা হায়নবা লৈরি ।। ইধৌ রোমাসিং মেঞ্জবগী ময়াম্না অমসুং মশামক্কী মচাশিংনা শ্রীযুক্ত দেবেন্দ্রসিং লোইখোমলেল পামহৈবগী মজাইবেম্মা অমদি শ্রীযুক্ত নরসিং মহারাজগী মজাইবেম্মগা লোয়ননা শ্রীযুক্ত চৌরজিৎ মহারাজগী মশুনুপী লৌই ।।

পাওনা ব্রজবাসি অমসুং ব্রাংখৈ মৈরাবগী থাংগী ওজানি ।। লোংজম লৈবক অসিমক্তদা পাওনা ব্রজবাশিনা লৈরক্কী মনিং ওইবা হৌজিক্কী নিংথেমচা কোল্লুপ হায়বশিদা লৈরগা শা- লানগী মহৈ তমখিবনী ।। অদুগা ইধৌ রোমাসিং জেনেরেলনা কোল্লুপ অমতং মমাংদা কারগা, চিফ মিষ্টির ওইরম্বা লোংজম থম্বৈনা লৈবম্বা য়ুমফম অসিমক্তদা শঙ্গাই লিংদুনা লৈবম্মী ।।

তৌখিবা চহি খৃঃকুমঃ ২০০৪ অগষ্টকী ৮, নোংমাইজিং নুমিৎতা কৈশামথোং লোংজম লৈরক্তা লৈবা জেনেরেল বোমাসিংগী চাদা নাউদাশিংগী মফম অমা ওইরিবা লোংজম কোল্লুপ্তা ইধৌ জেনেরেল লোংজাম্বগী মরমদা লমদমসিগী শক্লাইরবা স্কোলার নুংলেপ্পম শ্যামকহ্নাই অমসুং নাউরোইবম ইন্দ্রমনি অনিনা অই- চে পুথোকপীদুনা য়াম্না কুপ্না খৎন- নৈনবগী মীফম অমা পাংথোকখি। হায়রিবা মীফম অসিদা লমদমশিগী হিষ্টোরিয়ান রাজকুমার ঝালজিৎ না চীফ্ গেষ্ট অমসুং মণিপুব য়ুনিভর্সিটিগী হান্নগী কলেজ দিভলপমেন্ট কাউন্সিলগী দিরেক্তর ওইবিবম্বা ডাঃ য়ুম্নাম মহেন্দ্রনা প্রিসাইদ তৌবিখি ।। অদুগা মণিপুরগী চীফ্ মিনিষ্টর ওইবিরম্বা রাজ কুমার বনবীরনা গেষ্ট ওফ ওনর ওইবিখি ।।

খন্ন- নৈনবগী থৌরম অসিদগী ফঙলকখিবা মহৈ অমা ওইনা জেনেবেল লোংজাম্বগী মরমদা লাইরিক অমা পুথোক্লুনা মীয়াম অমদি মীপুম তীংনা খঙহন্ননবগী পান্দমদা লাইরিক অসি পুথোকচবনি । সেমিনারগী মতমদা খন্নবগী তাঞ্জা ফংহৌদ্রবসু লাইরিক অসিবু মপুং ফাননবগীদমক ইকাইখুম্নজরীবা বিঃ কুল্লচন্দ্র শৰ্ম্মা, ডাঃ কৈশাম ভৈগ্যচন্দ্রা অমসুং অখাম লাঙ্গোল, স্কোলার অহুমগী অই- চেশিং

হাপচিঞ্জদুনা জেনেরেলগী মরমদা মপুং ফাননবা ট্রস্টনা শেমগৎচবনি ।

ট্রস্টনা পুথোকচগদৌরিবা লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ খরদং ইবিরক্লীবা থোইদোক্লা ইকাইখুম্নজরীবা, পদ্মাশ্রী রাজকুমার ঝালজিৎ সিংহ, প্রোফেসার সাইরেম নিলবীর অমসুং প্রোফেসার ডাঃ এনঃ লোকেন, ডিরেক্তর কলেজ দিভলপমেন্ট কাউন্সিল, মণিপুর য়ুনিভর্সিটি , ওজা অহুমবুসু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎপা ফোংদোকচরি ।।

লোযশিনলকপদা হায়জনিংলিবা ৱাফম খরাদি, লাইরিক অসিদা স্পেলিংগী খেন্নবা খরা য়াওরিবশিং অসি স্কোলারশিংগী অনিংবা অমসুং অপাম্বগী মতুং ইন্না অদুমক কায়দনা থমজরে । জেনেরেলগী মরমদা পুথোকচরিবা লাইরিক অসিনা মহাক্কী অহানবা ওইবনা ঙসিগী মালেমশিদা লৈবীরিবা স্কোলারশিংনা জেনেরেল অমসুং জেনেরেলনা হিংলিঙৈ মতমগী মরমদা মখা তানা ট্রস্ট অসিদা মরিক চুম্না খঙহনবিরকখিগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা অদু থমজরী । লোয়ননা পুথোকচরিবা লাইরিক অসিদা অৱাৎ- অপা, অশোয়- অঙাম য়াওখিবশিং মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগনি ।

লাইরিক অসিবু মীয়ামদা মতম চানা পুথোকননবগীদমক প্রেসকী অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা ময়াংলম্বম মঙাংস্না অমসুং মোনিকা প্রিন্টরস, কৈশামথোং কৈথেলগী ইচিল- ইনাউশিংবু মতম চুপ্পগী ওইনা থাগৎচরী ।

চৈচৎঃ ২০-৮-২০০৬

ডাঃ ৱাইখোম রোমেশ
লোংজমচা সেনপোংকাইপোং সনাথোই পীবা
লোংজম অরুন @ সোমোরেন্দ্রো
**জেনেরেল লোংজম রোমাসিং মেমোরিয়েল ট্রস্ট**
*ইম্ফাল, মণিপুর (কংলৈপাক)*

# ৱারোল

জেনেরেল লোংজম রোমাসিংগী মরমদা মোনোগ্রাফ অমা ফোঙগনি মদুগী ৱারোল অমা ইয়ু হায়দুনা ঐঙোন্দা হায়বিরকই । জেনেরেল লোংজম রোমাসিং মেমোরিয়ল ট্রস্ট, ইম্ফালনা হায়বিরকপনি । মদু ঐবু নুংশিবিদুনা হায়বিরকপনি । ঐ খুদক্তা য়াজখি ।

জেনেরেল রোমাসিং নহা ওইরিঙৈদা গম্ভীরসিংগী মণিপুব লেভিদা য়াওখি। মতাং অসি ভারতকী ইতিহাস্তা য়াম্না লুবা মতাং অমনি । অৱানদি মণিপুর অমদি শ্যান (হৌজিক্তি থাইলণ্ড কৌরে) বু জয় তৌগে হায়বসি মখোয়গী চপ যুংবা অনিংবনি । অনিংবা অসি পাংথোকপা ওইনা মখোয়না মণিপুরবু চহি তরেৎ খুন্তাকহল্লে । অদুদগী হেন্দোক্লুনা অসাম লৌরে, কাছাড় তম্পাক য়ৌরে । ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনিগী লম সিলটতা প্রজাশিংনা কিবনা হা- হা- কার লাউরে । মতাং অসিদা, কাছাড়গী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রনা কাছাড় পুম্নমক ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনীনা লৌশিনবিরো হায়না দরখাস্ট থারে । অদু ফাওবদসু কম্পনীনা অৱাগা লান শোক্লবা কিবদগী দরখাস্ট অদু লৌদনা তুমিন্না লৈখ্রে । গতি লৈত্রদুনা গোবিন্দচন্দ্রনা অৱাদা কাছাড় পুম্নমক কখোকচরগে হায়দুনা শেম শারে । তাঞ্জা অসি য়ৌরবতদা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনীনা কাছাড় লৌশিল্লে ।

কাছাড় লৌশিল্লবা তুংদা, মণিপুর অমদি কাছাড়দগী অৱা তাম্থোকপগী দায়িত্ব অদু ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনীনিগী ওইরে । মণিপুরগী মতেং য়াওদনা, ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনীনা মতোমদনা অৱা তকথোক্কে হোৎনরুই । ঙমদে, মতাং অসিদনি মণিপুরগী মহারাজ গম্ভীরসিংগা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনীগা মরূপ ওইখিবা । মণিপুর লেভিগী মপান্ননি মণিপুরদগী, কাছাড়গী অমদি কবো তম্পাক্তগী অৱা তাম্থোকখিবনি । মসিদদা রোমাসিংগী অচৌবা থৌদাং য়াওরবনি । মতাং অসিদা গম্ভীরসিং অমদি মহাক্কী মণিপুর লেভি লৈরমদ্রবদি হৌজিক ওইরিবা ইতিহাস অসি ওইরম্মরোই । পুমতোং তোংঙানবা ইতিহাস অমা ওইরমগনি ।

চহি তরেৎ খুন্তাকপা হায়বসি অরায়বা মতাং নত্তে । মণিপুর তম্পাক পুম্নমক উ,ৱা, ই, শিংনাং, তৌ হৌজিন্দুনা শোংলবা জঙ্গল ওইরুরবনি । মাদুদা কৈ, লাইরেন, মখল- মখলগী শা অমদি লিন লৈশিল্লুরবনি । য়াইস্কুল চিংখ্রাম লৈকাই, সগোলবন্দ অদুদগী হেন্দোক্লুনা কংলাদা কৈ লৈরুরবনি । হৌজিক্কী ইম্ফালগী হেড পোষ্ট ওফিস অসিগী হেক অৱাংদা লৈরিবা থাঙ্গপাৎ অসি লাইরেন লৈরুরবনি অসি পুম্নমক্তগী মণিপুরবু কনবদা মৈতৈ নুপা পুম্নমক্কী থৌনা লিংজেল অমদি থবক্তা হৈশিংবগী অচৌবা দরকার লৈখি । অসুম্না মণিপুরবু নৌনা শেমগৎলকপদা রোমাসিংগী থৌদাং চাওনা লৈখি ।

অসি নত্তবা মহাক্কী থৌদাং ময়ামদি লাইরিক অসিদা পাঠকশিংনা য়েংবিরো । পঞ্জনিংবা খরদি - ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনীনা হন্দক মণিপুরবু মতেং পাংবদি মখোইগীসু কান্ননবা মণিপুরগীসু ফনবনি । হন্দক্তগী ওইনা মতেং পাংবনি, মতুংদা অৱাগা মণিপুরগা লান শোক্লবা তারবদি ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পনীনা মণিপুরগী মতেং পাংগনি হায়বগী ৱা অমতা কৈদৌঙৈদা হায়খিদে । মতেং পাংবসি হন্দক্কী অসিদগীনি হায়বসি ময়েক শেংনা গম্ভীরসিংদা সিলটকী কম্মিসনারনা খঙহনখি ।

কবো তম্পাক মাঙখিবগী নুঙাইতবনা মহারাজ গম্ভীরসিং লৈখিদ্রে । গম্ভীরসিং লৈখিদবগা লোয়ন-লোয়ননা রোমাসিংগী পুন্সিবু মতম খরা গ্রহণ তৌবগুম লৈবাক্লা খঙবিদনা লৈরুরে । অদুবু মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা অমুক হন্না নিংথৌ ওইবদগীদি, রোমাগী পুন্সিদা গ্রহণ থাদুনা অমুক হন্না জেনেরেল অসিগী মতীক মঙান শন্দোকলকখি ।

অসিগুম্বা লাইরিক অসি খরা য়াম্না ফোঙসি । লাইরিক অসিগী লেখকশিং মতিক চাবা ঙাক্তনি । অনৌ- অনৌবা ৱাফম ময়াম ইথোকপিরকপা অসিনা লৈবাক শান্তি থম্বদা মতেং শোয়দনা ওইরগনি । অচুম অরানসু ময়াম খন্নরগা লেপথোকসি । হায়জনিংবা অমতংগা লৈজরি । মণিপুরী ইবদা ঐখোয় খুদিংমক্লা দরবারনা লেপপ্লম্বা বানান ইননবা হোৎনসি । লোন অসি পৃথিবীনা শক খঙবা লোন অমা ওইনবা হোৎনসি ।

**পদ্মশ্রী রাজকুমার ঝালজিৎ সিংহ**
২০/১/২০০৫ ইং,

Prof. Sairem Nilbir
Hon'ble Member, Kangla Ford Board
Khurai Nandeibam Leikai, Imphal East

Awardee :
Moirangthem Chandra Singh Pandit Achouba Sanagi Medal
Maichou Ningshing Mana
Maichou Langwon Sana Pumhei Mana

# হায়জনিংবা ৱাহৈ খরদং

"জেনেরেল লোংজম রোমাসিং" হায়না মিংথোনবা লোংজম শাগৈদা পোকখিবা ১৯ সুবা চহি চাদা লৈরম্বা লৈবাক্কী ফম্নাইবা জেনেরেল রোমাসিংগী মরমদা ইবা পুৱারীগী ওইবা লাইরিক অসি প্রেসতা লৈরিঙৈদা কোপী অমা ফংজদুনা য়াম্না কুপ্না পাজরে ।। চৈথারোল কুম্বাবা, কেপ্তেল দনগী গেজেটিয়র ওফ মণিপুর, জোনস্তোন সাহেবগী 'মাই এক্সপিরিয়েন ইন মণিপুর এন্দ নাগা হিলস' নচিংবা লাইরিকশিং পাবদা রোমাসিংগী মরমদা খর খরা পল্লম্বদি অদুম থেংনৈ । অদুবু মহাক কনানো, করম্বা মীশক্নো, মহাক্না লৈবাক্কীদমক্তা লৈঙাক লৈবাকী থবক্ত করি করি তৌরম্বগে হায়বা পরিং পথাপ নাইবা মরীকচুম্বা ৱারী ৱাখোংদি মহাক্কী অদুম খঙব ঙমদনা লাকখি ।। অদুবু জেনেরেল অসিগী পোকফম মহাক্কী পোকপা শিবগী ওইফমথোকপা মরম চাবা মতম কুমশিং অমসুং মহাক্না পাঙথোক্লম্বা লৈবাক্কী ওইবা থবকশিংগী মতাংদা লমদম অসিগী শক্নাইরবা স্কোলার (১) নাউরোইবম ইন্দ্রমনি (২) নুঙলেপ্পম শ্যামকনহাই (৩) বিঃ কুল্লাচন্দ্রা (৪) ডাঃ কৈশাম ভৈগ্যাচন্দ্রা অমসুং (৫) অখাম লাঙ্গোল - মঙানা লমদম অসিগী লৈঙাক পুৱারিগা মরী লৈনবা লাইরিক কয়া দোকুমেন্ট কয়া লোংজম শাগৈ পুয়া অমসুং জেনেরেল অসিগী মরমদা চিনথাং লান্ন লাকপা থৌদোক ৱারিনা চিংবা শিংবু য়াম্না কুপ্না নৈনবিরগা ইথোকপিবা লাইরিক অসি পাব ফংজবগী জেনেরেল অসিগী মরমদা ফনা ফজনা ময়েক শেংনা খঙবা ঙমজে ।। লাইরিক অসি অথুবা মতমদা পুথোক্লগনি খঞ্জে । মীয়াম পুন্না জেনেরেল রোমাসিংগী মরমদা খঙমিন্নরগনি ।।

লাইরিক অসি স্কোলারশিংনা ইথোকপিবা অমসুং মসিবু ফোংদোকপিবগী কান্নবা কয়া লৈ, মদুদি - (১) কংলৈপাক মণিপুর অসিগী লৈঙাক লৈকনগী থবক্তা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লাকখিব মরৈবাক নীংবা মথৌন্না, মরিংজেল লৈবা অঙম অথৌ, লাম্মীগী জেনেরেল অমা ওইরম্ব রোমাসিংগী মরমদা কংলৈপাক মণিপুরগী মীয়াম্না পুন্না খঙমিন্নদুনা নোংগ্রাখ্রবা জেনেরেল অমদি পুন্না ইকাইখুম্নব উংপা ফংহনগনি ।। (২) জেনেরেল অসিগী মরৈবাক য়াইফনবগীদমক্তা শিবা কিদনা মথৌনা মরিংজেল, লুচিংবা অমা ওইবগী হৈশিংবা অসিগুম্বা ৱারী অসি পারুরগা মীচম ঐখোয়গী থম্মোইদা

কংলৈপাক মণিপুর অসিনা পুব্বারীগী মমাঙ অমসুং পুব্বারীগী মতম পুন্না চহি ৪০০০ রোম মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইনা লৈজরকখিবা অসি জেনেরেল রোমাসিংগুম্বা অথৌবা কয়া লৈরম্বদগীনি ওইরেকো হায়বা ব্বাখল অসি পোকহনবগা লোয়ননা ইরৈপাক ইরমদম কনজনীংবগী ব্বাখল য়াওবা থৌনা লিংজেল অমা লাকহল্লি। জেনেরেল রোমাসিংগী ব্বারীনা তুংগী চারোল সুরোলদা ইরৈবাক নীংবগী ব্বাখল, থৌনা লিংজেল পোকহনগনি ॥ ব্বাখল্লোল অসি লোংজম য়ুম্নাক শাগৈগী মীয়োইশিংদনা অমুক হন্না পোকহনগনি। (৩) লৈবাক অসিগী লৈশেম লৈঙাক্কী থবক্ত অকনবা থৌদাং লৌদুনা লৈবাক অসিগী পুব্বারী শাগৎলকপদা য়াওরকখিবা জেনেরেল রোমাসিং অমসুং মহাকুম্বা লমদম অসিগী হৌব্রবা পুব্বারীগী মীশকশিংগী মরমদা কুপ্না থিজিন্দুনা লাইরিক ফোঙদোরকপা অসিনা কংলৈপাক মণিপুরগী পুব্বারী অসি হেন্না মরীক চুম্ব হেন্না মপুঙ ফাবা পুব্বারী অমা ওইহনগনি।

লাইরিক অসিবু ইবিবিবা স্কোলর মঙানা কুপ্না থিজিনবীদুনা জেনেরেল বোমাসিংগী মরমদা লাইরিক অমা ইথোকপীবা অসিগুম্না লমদম অসিগী, লাইবিক স্বরদংদি থর থর থেংনবা ব্বারী ব্বাখোঙদি মরীক চুম্না পুথোকপদি ঙমদ্রিবা অকন অথৌ, মথৌনা মরিংজেল লৈবা লৈবাক নীংবা মীওই কয়াগী মরমদা জেনেরেল লোংজম রোমাসিং মেমোরিয়েল ট্রষ্টনা পুকনিং থৌগৎপীদুনা ইথোকপীরকনি খঞে।

(signature)

রিতয়ার্দ প্রিন্সিপাল
দি:এম: কলেজ (কর্মস)
(মেম্বর, কংলা ফোর্দ বোর্দ)

ইম্ফাল, জুন ১৫, ২০০৬



**Manipur University**
Canchipur, Imphal-795 003
**Manipur, India**

**Prof. N. Lokendra**
Director, College Development Council,
Manipur University

Dated 21st February, 2005

# ৱারোল

জেনেরেল লোংজম রোমাসিং মেমোরিয়েল ট্রষ্ট, কৈশামথোং, ইম্ফালনা পুথোকচবা জেনেরেল লোংজম রোমাসিং হায়বা লাইরিক অসি জেনেবেল লোংজাম্বা রোমাসিংগী ৱারী পুন্সি ৱারী অমদি মহাক্না ১৯ শুবা শতাব্দিদা মণিপুরগী লৈঙাকলোন অমদি সমাজদা পীরম্বা Contribution শিং অদুতা নত্তনা ১৯ শুবা শতব্দিগী মণিপুর সমাজ অমসুং রাজনিতিগী মমি য়াম্না চাওনা তাই। লাইরিক অসিদা জেনেরেল লোংজাম্বা রোমাসিংগী মরমদা ইবা শ্রীনাউরোইবম ইন্দ্রমনি, শ্রীনুংলেপ্পম শ্যামকহ্নাই, শ্রী বি: কুল্লচন্দ্র শর্ম্মা অমসুং প্রোফঃ ডাঃ কেঃ ভৈগ্যাচন্দ সিংহ্ অমসুং অখাম লাঙ্গোলগী article মঙা য়াওরি। মসিগী মনুংদা শ্রীইন্দ্রমনিনা ১৯ শুবা শতাব্দিগী ৱায়েল থৌদাং, মতম অদুগী অঙম্বাশিংগী ৱাখল্লোল অসিনচিংবশিং অসি British অমদি Indigeneous Manipuri source কী মতেংনা কুপনা নৈনরি। শ্রী শ্যামকহ্নাইগীদা রোমাসিংনা গম্ভীর সিংহ্ অমদি চন্দ্রকির্ত্তিগী মতমদা মণিপুরনা খাসিশিং, অকামহাও অমদি সিফাই লানহৌ নমথবনচিংবা মরুওইবা ৱাফম কয়া ফোংদোক্লি। শ্রীবিঃ কুল্লচন্দ্র, কেঃ ভৈগ্যাচন্দ্র অমসুং অখাম লাঙ্গোলনা রোমাসিংগী হৌরকফম অমদি মহাক্না মণিপুর ইতিহাসকা শম্নখিবা থৌদোকশিং অদু ফোংদোক্লি। হায়রিবা লাইরিক মচা অসি ১৯ শুবা শতাব্দিগী মরমদা নৈনবা research scholar শিংগীদমক্তা তঙাইফদনা শিজিনগদবা লাইরিক অমনি।

N. Lokendra Singh

Phone -Office (0385) EPABX 2435276/2435055
Fax Modem (0385) 2435145 Telegrams Manvarsity

# য়াওফম তাকপা ঃ

# রোমাসিং জেনেরেল অমশুং মহাক্না পাঙথোক্লম্বা থবকশিং

নাউরোইবম ইন্দ্রমনি

মণিপুর ইতিহাসকী খ্বাইদগী মশক থীবা তাংকক অসি মহারাজ গরীবনিরাজগী মতুং অদুগা বৃটিশনা মণিপুরবু লৌশিনখিবা মতমগী মনুং চাউরাক্না চহী ১৫০ রোমগী মতম অসিনি। হায়রিবা মতম অসিগী মনুংদা নিংথৌমচাশিংগী মরক্তা অমগা অমগা পুকচেল তিন্নদবা অমশু অমশু নিংথৌ খুভমবু কল্লক মিহৌনবনা মরম ওইদুনা ঙাইহাক লৈতনা নিংথৌ সেম্বা. নিংথৌ খুভম মুন্নবগীদমক তোয়না লান হৌবনচিংবা কয়া থোকপা মরমনা নিংথৌমচা মশেল অমগা অমগা থাজনদবা পুকচেল খোয়জেল তিন্নদবগী খাইবুং খাইবুং তানবা অমগা অমগা নুংশিনদবা কয়ানা মপাঙ্গল শোম্বরক্লবা তাঞ্জাদা খুদোংচাবা লৌদুনা মতম অদুগী খ্বাইদগী মপুং ওইবা য়েক্লবা অমা ওইদুনা লাক্লবা য়ুমলোন্নবা অৱা লৈবাক্না হৌজ থেংখাঙ কয়াদা লান্দারক্তুনা মণিপুরনা লানগায় কয়া নংখি। গরীবনিরাজ মহারাজগী মশু ইবুংঙো মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী হাক্তক্তা অৱা লানগায় অহুমলক নংদুনা হঞ্জিন হঞ্জিন য়ুমথংনবা লৈবাকশিংদা লাঞ্জেনখি। তেখাউ নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বর সিংহগী মতেং লৌদুনা মণিপুরদগী অৱা তাম্লোক্তুনা অমুক হন্না লৈবাক মরা তপ্পা পাল্লক্লবা মতুং মহারাজ মার্জিৎনা পানবা মতম খৃঃ ১৮১৯ দা অৱানা অমুক হন্না মণিপুরদা লান্দারক্তুনা মণিপুরগী তমপাকলম অয়াম্বা চহী তরেৎ চুপ্পা খুন্তাকপা হায়না খঙনরি। মণিপুরনা চহী তরেৎ চুপ্পা খুন্তাকলিঙৈ মনুংদা লৈবাক প্রজা অয়াম্বা চীংদা মান্দা চঙজফম লৌদুনা লোৎতুনা লৈনবতা নত্তনা নিংথৌ মচা অয়াম্বা য়ুমলোন্নবা কাছার লৈবাক্তা লাঞ্জেন্নদুনা লৈনখি।

মণিপুরনা চহী তরেৎ খুন্তাক্লিঙৈদা কাছার লৈবাক্তা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মচা ইবুংঙো গম্ভীরসিংহ. নরসিংহ মচীন মনাও অনীনা বৃটিশকী মতেং লৌরগা মণিপুর লেভি কৌবা মৈতৈগী সিফাই শঙলুপ অমা লিংখত্তুনা মসিগী মতেংনা মণিপুরদগী অৱাশিংবু তাম্লোক্তুনা মণিপুরবু অমুক হন্না

অরাগী মখুত্তগী নীং-খা তম্বা পুরকখি। চহী তরেৎ খুন্তাকলুরবা মতুং মণিপুরনা অমুক হন্না নীং-খা তম্বা হঞ্জিল্লবা মতুংদা পাল্লকখিবা নিংথৌশিংনা মণিপুরবু অমুক খুনসেম লৈশেমদুনা হান্নগী পাঙ্গল শক্তি হঞ্জিহন্নবা কন্না হোৎনখি। চহী তরেৎ খুন্তাকতুদা হান্না মৈতৈ লৈঙাক্কী ফিবান্নুংদগী নান্থোকখ্রবা চীংগী লম কয়া অমুক হন্না খুদুম চনশিন্নবা মহারাজ গম্ভীরসিং নরসিং অমদি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনচিংবা নিংথৌশিংনা কন্না হোৎনখি। নিংথৌশিং অসিগী হাক্তক্তা চীংগী খুন কয়া নৌনা খুদুম চনশিন্নবা হোৎনবা অমদি মপাঙ্গল কনবা লৈবাক অমা ওইনবা হোৎনবদা মতম অদুগী লান্মীশিংনা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌখি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা পানবা মতমদা (খৃঃ ১৮৫০-১৮৮৬) থবক ঙম্না, মথৌ নিংথিনা পাংথোকপা, লৈবাক্কীদমক খনবা, লৈবাক্কীদমক কথোকপগা লোয়নননা থরাই পান্মুদব থবক কয়া পাংথোকলম্বা লান্মীশিংগী মনুংদা থোইদোক হেন্দোক্লা মরু ওইনা পনবা য়াবা মীওইশিংদি কাংঙবা থাঙ্গাল মেজোর, শৌগাইজাম্বা মেজোর অমদি লোংজাম্বা মেজোর রোমাসিংসি পনবা য়াই। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী হাক্তক্তা মখোয় অহুমসি ফুঙ্গা মখোঙ অহুম শানা থৌদোক রাথোক অয়াম্বদা ইয়াওতা য়াওবা, ইচেন্দা চেন্নবা য়ান্না মরু ওইবা মীশকশিংনি। মখোয়না নিংথৌগীদমক, লৈবাক্কীদমক থরাই পান্মুবা নাইদনা কথোকপগা লোয়নননা মখোয় মখোয়গী তৌফম থোকপা মথৌশিং নীংথিনা পাঙথোকপগীদমক মতম অদুগী মিলিটরি রেংকিংদা খ্বাইদগী রাংবা জেনেরেলগী ফম ফাওবা ফংবা ঙমখি। মখোয় অহুমসি মতম অমত্তদা লান্মী অমা ওইনা জেনেরেলগী ফম কামিন্নখিবতা নত্তনা ফমনাইবা অমা ওইনশু মতম অমত্তদা পুখ্রনবগী ফম কামিন্নখিবা মীশকশিংনি। লান্মী অমগী পুন্সিদা জেনেরেলগী ফম অসি য়ৌনা কারকপা হায়বসি অরায়বা নত্তে। মখোয়না লৈবাক নিংথৌগীদমক করি করি পাঙথোকলম্বা য়াবগে হায়বসি ভাবনা অদুম খঙবা য়ারবা রাফমনি।

থাঙ্গাল মেজোর অমদি শৌগাইজাম্বা মেজোর অনিবুদি লৈবাক মীয়ান্না পাক-সন্না খঙনরবশু লোংজাম্বা রোমাসিং মেজোরবুদি মীয়ান্না কয়া নীংথিনা খঙনদ্রি। মহাককুম্বা মীশক অমবুশু মহাক্কী পুন্সি অমদি মহাক্লা

পাঙথোক্লম্বা, তৌরম্বা কয়া নৌনা থিজিন্দুনা খঙনবা হোৎনবা হায়বসি য়ান্নমক তঙায়ফদবা হায়বদু ওইরে। মরম অসিনা ইরিবা ব্লারেং অসিগী পান্দমশু মহাক্কী পুন্সিবু মশক তাক্লবা হোৎনবগা লোয়ননা লৈবাক্কীদমক মহাক্না করি করি তৌরম্বগে হায়বদু খরদং পুথোক্লবা হোৎনবনি।

## মশক তাকপা

লোংজাম্বা রোমাসিং মেজোর অঙোম সলাইগী লোংজম সাগৈদা পোকখিবা মীশকনি। অপোকপা মপাগী মমিংনা খাবা অদুগা অপোকপী মমাগী মমিংনা মোংবিজম চনু ললিতা কৌই। রোমাসিংনা লৈরম্বা মফমদি কৈশামথোং লোংজম লৈরক্তা লৈবা লৈখিদ্রবা সিং এমং ওইরম্বা লোংজম থম্মৌগী য়ুম্ফম অসিমক্তা লৈরম্মী। মহাক অসি খৃঃ ১৮৯১ দা বৃটিশকা মণিপুরগা খোংজোমদা শোক্লখিবা মণিপুরগী অরোইবা নীং-খা তম্বগী লানফমদা থরায় কৎখিবা অথৌবা, মীয়ান্না পাওনা ব্রজবাসী হায়না খঙনবা অদুগী থাঙগী ওজানি।[১] রোমাসিং মেজোর করম্বা চহীদা পোকখিবগে অমদি করম্বা চহীদা শিখিবগে হায়বগী লীখুন ফংবা ঙমদবনা মরম ওইদুনা মহাক্কী পোকপা অমদি শিখিবগী মতম চপ চানা লেম্পদা অরাবা অমা ওইরে, অদুবু হৌজিক হৌজিক থিজিনবদগী ফংবা ঙম্বা লীখুনদগী খরদং খঙবা ঙম্বদি মণিপুরনা অরা লানগায় নংবদগী চহী তরেৎ চুপ্পা খুন্তাকপা মতমদা কাছার লৈবাক্তা গম্ভীরসিংহ মহারাজনা মণিপুরদগী অরা তাম্বোক্লুনা মণিপুরবু নীংখা তম্বা ফংহন্নবগীদমক বৃটিশকী মতেংগা লোয়ননা খৃঃ ১৮২৫ দা শেমগৎখিবা 'মণিপুর লেভি'দা সিপোই অমা ওইনা চঙদুনা মহাক্কী লান্মী অমা ওইবগী পুন্সি হৌরকখি।[২]

মতম অদুদা মণিপুরদা লৈরম্বা লাল্লুপ সিসতেমদা নিপা অমনা লাল্লুপ কাগদবা চহী অসি ১৭তগী ৬০ ফাওবগী মরক্তা ওইগদবনি।[৩] মরম অদুনা রোমাসিংনা মণিপুর লেভিদা সিপোই অমা ওইনা চঙবা মতমদা চাউরাকনা চহি ১৭তি সোয়দনা শুরগনি। অমরোমদা সৌগাইজাম্বা মেজোরশু মতম অসিমক্তদা মণিপুর লেভিদা সিপোই অমা ওইনা য়াওরক্লবা মীশক্নি[৪]।

রোমাসিংনা শৌগাইজাম্বা মেজোরদগী চহি খরা হনবা মীশক্কি হায়বসিদি কাংঙবা থাঙ্গাল মেজোর, শৌগাইজাম্বা মেজোর অমদি রোমাসিং মেজোর মখোয় অহুমনা জোনষ্টোন সাহেবকী মনাক্তা মখোয় অহুম মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা জেনেরেল ফম পীরে হায়না পাউ তম্বা চৎপা মতমদা জোনষ্টোন না রোমাসিংবু "Old Rooma Singh" হায়বা রাহৈ শীজিন্নৈ।[৫] অদুগা খৃঃ ১৮৮১ দা থাঙ্গাল মেজোর, সৌরাইজাম্বা মেজোর অমদি রোমাসিং মেজোর মখোয় অহুম্বু পুখ্রনবা ফম থিন্দোক্লবা মতুংদা রোমাসিং মেজোরদি চৈথারোল কুম্বাবদা অমুক হন্না পনবা থেংনদ্রে অদুগা শৌগাইজাম্বা মেজোরদি মখা তানা মহারাজ সুরচন্দ্রগি মতম খৃঃ ১৮৮৭ কি অদুরাইফাওবদি লান তানবা চৎপগী রারোল চনবা থেংনরি।[৬] মরম অসিনা রোমাসিংনা শৌগাইজাম্বা মেজোরদগী চাউরাক্লা চহী ৫/৬ কুম্বা হনবা মীশকনি হায়বশি শোয়ররোই। চৈথারোল কুম্বাবদা চল্লম্বগী মতুং ইম্না শৌগাইজাম্বা মেজোরনা শিখিবা চহিসি শক ১৮১১, কালেনগী নিনি পানবা শগোলসেন নুমিত্তনি (তাং ২।৫।১৮৮৯ ইং)।[৭] মসিদগী চাউরাকপা অমা খঙবা ঙম্বদি রোমাসিংনা হিংলম্বা পুন্সিগি চাউরাকনা চহী ৮৫।৮৬ কুম্বা ওইবা য়াই।

## লানমী অমা ওইনা

লোংজাম্বা রোমাসিংগী হৌরকপা পুন্সিদা লানমী অমা ওইনা হৌরকখি। মার্জিৎ মহারাজনা নিংথৌ ওইবা মতম খৃঃ ১৮১৯ দা অরানা মণিপুরদা লান্দারত্তুনা চহী তরেৎ খুন্তাক লৈতাকখি। থৌদোক অসিবু মণিপুর ইতিহাসতা চহী তরেৎ খুন্তাকপা হায়না খঙনৈ। মতম অসিদা মী অয়াম্বা চীংদা মানদা অমদি মণিপুরগা নকবা কাছার লৈবাক্তা লাজেন্দুনা লৈনখি। মণিপুরগী নিংথৌমচা অয়াম্বগু কছারদা চেন্দুনা লৈবা মতমনি। অসিগুম্বা লুরবা খুদোংথীরবা তাঙ্গা অসিদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মচা ইবুংঙো গম্ভীরসিংহনা মণিপুরদগী অরাশিংবু তাম্বোক্লগা মণিপুরবু অমুক হন্না নীংখা তম্বা ফংহন্নবগীদমক বৃটিশকি মতেং লৌরগা "মণিপুর লেভী" কৌবা সিফাই সাঙলুপ অমা খৃঃ ১৮২৫ দা লিংখৎখি। অহানবা লান্মী ৫০০ থক লৈবা মণিপুর লেভিদা রোমাসিংগু Section Leader ওইনা লান্মী অমা ওইবা হৌরকখি।[৮] অসিগুম্বা লান্মী

সঙলুপ অসিগী ফিজোল, তলব, খুৎশু খুৎলাই ট্রেনিং পীবনচীংবা পুন্নমক বৃটিশ সরকারনা পুবনি। লান্মীশিংবু ট্রেনিং পীনবগী থবকনা Mr. Grant অমশুং Pemberton বু পুহল্লি। মণিপুর লেভিগী লান্মী মশিং অসি মশিং ৫০০ ওইরম্বদগী য়ান্না থুনা মশিং ১০০০, ২০০০ অদুগা খৃঃ ১৮৩৫ দদি মশিং ৩০০০ দা হেনগৎখি।[৯] মণিপুরবু অরাগী মখুৎতগী নীংখা তম্বা হঞ্জিলহনখিবসি মণিপুর লেভিগী মপান্ননি।

রোমাসিংনা মণিপুর লেভিদা ইচম চম্বা সিফাইঅমা ওইনা চঙলকখিবা অসিদগী মহারাজ দেবেন্দ্রনচিংবা নিংথৌশিংগী মতম লাল্লক্তুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা পানবা মতম খৃঃ ১৮৬০ গী মতমদদি মেজোরগী ফম পায়রে হায়বসি চৈথারোল কুম্বাবদগী খঙবা ঙম্মি।[১০] হান্না সিপোই ওইরম্বদগী মেজোর ফাওবা কারককখিবগী মরক্তি ফমশিং হায়বদি কোতোন্দার, অমোন্দার, হাবিলদার, কুত, জামান্দার, সুবেদারনচিংবা ফমশিং অসি করম্বা মতমদা, করম্বা নিংথৌশিংগী মতমদা কারককখিবনো হায়বা চপচাবা লিখুন ফংবদা রায়। অদুবু শ্রী লাইশ্রম মঙ্গিসিং অমদি শ্রী লোংজম মনিসিং অনীগি মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুরান বিজয় পঞ্চালি কৌবা লাইরিক্তদি মহারাজ গম্ভীরসিংহনা খাসীগা লান সোক্নবা চৎপগী মতমদা রোমাসিংবু মাঙজৌননা অসীন অরাং তৌরন্নবা থাবা মতমদা মেজোর ফম পায়রে হায়বগী রারোল পানবা থেংনৈ।[১১]

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা চাউরাক্লা তুলি (রেজিমেন্ট) ১৩ রোম লৈরম্মি। তুলিশিংগী মমিংদি - (১) তুলিহল, (২) তুলিয়াইমা, (৩) তুলি নহা, (৪) ভীত্রা তুলি, (৫) বিষ্ণু সৈনা অহল তুলি, (৬) বিষ্ণু নহা তুলি, (৭) তোপ তুলি, (৮) লোয়া তুলি, (৯) কাং তুলি, (১০) কাংনাও তুলি, (১১) ওইনামলোং তুলি, (১২) নরা তুলি, (১৩) বমদীয়ার তুলি হায়রিবশিংসিনি।[১২] তুলিশিং অসিগী মনুংদা কাংঙবা থাঙ্গাল মেজোরনা তুলিনহাগী মেজোর, শৌগাইজাম্বা বলরামসিং মেজোরনা তুলিহলগী মেজোর অদুগা লোংজাম্বা রোমাসিং মেজোরনা তোপ তুলিগী মেজোর ওইরম্মী। মতম অদুদা লান্মীগী ফমদা মেজোর হায়বা ফম অসি য়ান্না চাউবা ফমনি। মেজোর অমমমনা তুলি অমমমগী মকোক ওইবনি। লান্মীগী অচৌ অপিক মথং মনাওদা নিংথৌনা খ্বাই পুন্নমক্কী মকোক্তা লৈরগা মথং যুবরাজ, যুবরাজগী মথংদা সেনাপতি, সেনাপতিগী মথংদা মেজোরশিং লৈবনি।[১৩]

অশুন্না লোংজাম্বা রোমাশিংঙ্ লান্মী অমা ওইনা মেঙ্গোর ফম পায়দুনা লাকপনা শক ১৮০৯ দদি জেনেরলগী ফম কাখি। থাঙ্গাল মেঙ্গোর, শৌগাইজম্বা মেঙ্গোর, অমদি রোমাসিং মেঙ্গোর মখোয় অহুন্না জেনেরেলগী ফম কাখিবগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা চল্লম্বা রারোলদিঃ-

*'শক ১৮০১ লাংবনগী ৫নি পানবা থাঙজদা (২৬/৯/১৮৭৯) কাংঙবমচা থংগাল প্রকেদিয়া (ব্রিগেদিয়ার) জর্নেলনে। শৌগাইজম্বা বলাইসিং জর্নেলনে। ১১নি ইরাইদা লোংজমচা রামসিং (রোমাসিং) অর্তিরারি (আর্টিলিরি) জর্নেলনে ফম ৩ হাপএ।'* [১৪] অশুন্না চৈথারোল কুম্বাবদা মখোয় অহুম্বু জেনেরেলগী ফম পীখিবগী রারোল চল্লম্বতা নত্তনা Sir James Johnstone নশু মহাক্কী লাইরিক Manipur and The Naga Hills তশু রাফম অসি পল্লম্বনা মরম ওইদুনা মখোয় অহুন্না জেনেরেলগী ফম ফাওবা কাখি হায়বসি য়াম্নাময়েক শেংঙী।

## ফমনাইবা অমা ওইনা

রোমাসিং মেঙ্গোর হান্না ইচম চম্বা সিপোই অমা ওইনা হৌরকলবশু নিংথৌগী ফমদৌ ফমলুপতা মশক নাইবা ফমনাইবা অমা ওইনসু লৈবাক ঙাকলোন্দা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা লৈখিবা মীশক্তি। মহারাজ গম্ভীরসিং, মহারাজ নরসিং অমদি মহারাজ দেবেন্দ্রনচিংবা নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা ফমদৌ ফমলুপ করি করি ফম পায়রকখিবনো হায়বগী চপ চাবা রারী লীখুন ফংবা ঙমদ্রবশু মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম খৃঃ ১৮৫৩ দদি পোৎশংবা হঞ্জবা য়াম্না দায়িত্য চাউবা ফম অসি পায়রে হায়বসিদি চৈথারোল কুম্বাবদা ১৩/২/১৮৫৪ *'শক১৭৭৫, ফাইরেলগী ১৫নি নিংথৌকাবদা পোৎশংবা হঞ্জবা রোমা সাহেপ্তা দরবার তৌরুবা থুংলৈএ'* হায়না চল্লম্বা অসিদগী খঙবা ঙমন্মী।[১৫] পোৎশঙবা হঞ্জবা হায়বা ফম অসি দোলাই তোংবা, পেখোকশাংবা খনবা য়াম্না চাউবা ফমনি। মৈতৈ লৈঙাকলোনগী পানা ৬ থোক্লা খায়বগী মনুংদা পোৎশঙবা হঞ্জবা হায়বসি মঙাশুবদা লৈবা পানানি। পোৎশঙবা হঞ্জবা হায়বসি পানা অসিগী খ্বাইগী মকোক ওইবা ফমনি। [১৬] লোংজাম্বা রোমাসিংনা

হান্না পোৎশঙবা হঞ্জবগী ফম পায়দুনা লাকপনা মসিগী মতুং অমুক করি করি ফম কাখ্রবগে হায়বগী রারোল ফংবা ঙমদ্রকশু খৃঃ ১৮৮১ দা চৈথারোল কুম্বাবদা — *শক ১৮০৩, থরান থা ৬ নি নিংথৌকাবদা (১৫/৮/১৮৮১) শনজেনবা পানজিবু শঙলাকপা থিন্দোকএ। অদু নুমিত্তা লোংজমচা মেঙ্গোরবু পুখ্রনবা থিন্দোকএ,* হায়না চল্লম্বা অসিনা রোমাসিংগী পুন্সিদা মপুঙ ওইবা লৈঙাকথৌ পুরিবা ফমদৌ ফমলুপতা পুখ্রনবগী ফম ফাওবা পায়রম্মি হায়বা খঙবা ঙম্মি।[১৭] মণিপুরদা নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা পুখ্রনবা হায়বা ফম অসি য়ান্না চাউবা ফমনি। মহারাজ গরীবনিৱাজগী মতমদগী ফম অসি নিংথৌগী নক্রবা মরি মতানা পায়রম্বা ফমনি।[১৮] ফম অসি দোলাই তোংবতা নত্তনা পেখোকশাংবা খনবা ফমনি। অঙোম নিংথৌনা লাংজৈ ফমলগা য়েৎতা খুরাইরাকপা অমদি মন্ত্রী ফমলগা মথংদা পুখ্রনবা ফমনি।[১৯] নিংথৌগী মরী মতানা পায়বা ফমশিংগী মথংদা মীচন্না পায়বা য়াবা ফমসি পুখ্রনবগী মথক্তা মন্ত্রীগী ফমদমক ঙাইরে। লোংজাম্বা রোমাসিংশু মহাক্না য়ান্না অহল ওইশিল্লক্রবা মতমদা ফমথৌ ফমলুপ অমা ওইনা মীচন্না পায়বা য়াবা ফমদা চাউখ্রবা পুখ্রনবগী ফমসি পায়খিবা মীশক্নি। কাংঙবা থাঙ্গাল মেঙ্গোর অমশুং শৌগাইজাম্বা বোলাই মখোই অনিশু রোমাসিংনা পুখ্রনবা ফম কাবা মতমগা ইকান কান্নদনা পুখ্রনবগী ফম কাখিবা মীশকশিংনি।[২০]

## লৈবাক নীংবা

লৈবাক অমনা নীংখা তন্না মীখা পোন্দনা পানবা হায়বসি মথৌনা লৈবা, মরৈবাক্কীদমক থরায় থাবা পাম্মুদবা, মরৈবাক নীংবা মীওই কয়া অমগী তঙায়ফদবা লৈ। মণিপুরদশু মণিপুরনা নীং-খা তন্না শাংলবা ইতিহাসকী মতম অমা পাল্লকখিবদা মথৌনা মরিংজেন লৈবা, মরৈবাক নীংবা মীশক কয়া অমগী থৌদাং য়াওখ্রবনি। মরৈবাক্কী দমক থরায় থাদোকপা ঙম্বগী মগুণ অসি রোমাসিংদশু চেল্লি হায়বসি, সার জেম্‌স জোনষ্টোন না মহাক্কী লাইরিক "Manipur and the Naga Hills' কৌবা লাইরিক্তা ইরম্বদগী খঙবা ঙম্মী। রোমাসিংহনা মরৈবাক্কীদমক লৈবাক নিংথৌগীনি হায়রবদি

অচুম অরান থিদনা পাঙথোক্লবা হোৎনবা, মদুদা অথিংবা, অপনবা পীরকপা পুম্বা মায়য়োক্লদুনা থেংনগনি হায়না চপচানা লেম্পা মীশকনি হায়বসি মথক্কী লাইরিক অসিদা সার জেম্‌স জোনষ্টোন না ". . the patrotic but illjudged zeal of an older officer, Rooma Singh, nearly brought about a rupture." [21] হায়না ইরম্লিবা অসিদগী খঙবা ঙম্মি। তশেংনমক রোমাসিং মরৈবাকনীংবা মরৈবাক্কীদমক থরায় থাদোকপা পাম্মুখিদবা মীশক অমা ওইখি হায়বসি মহাক্না লৈবাক নিংথৌগীদমক হনবা লৈতনা হোৎনখিবা কয়ানা লান্মী অমা ওইনা জেনেরেলগী ফম ফংখিবা অমদি ফমথৌ ফমলুপকী ফম্নাইবা অমা ওইনা পুথ্রনবগী ফম ফংখিবা অসিনা লেংদ্রবা প্রমাণ অদুম ওইজরবনি।

## রোমাসিংনা পাঙথোক্লম্বা থবকশিং

লোংজাম্বা রোমাসিংনা হিংলিঙৈ মতমদা নিংথৌরোল মরি হায়বদি গম্ভীরসিংহ মহারাজ, নরসিংহ মহারাজ, দেবেন্দ্র মহারাজ অমদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ হায়রিবা নিংথৌ মরি অসিগী মতমদা মতম শাংনা লৈবাক শাসন্দা অচৌবা থৌদাং য়াদুনা লাক্লবনি। নিংথৌ মরোলশিং অসিগী মতমদা রোমাসিংনা লান্মী অমা ওইনা অমদি ফমদৌ ফমনাইবা অমা ওইনা পাঙথোক্লম্বা থবক কয়া হৌজিক হৌজিক ফংবা লীখুলশিংদগী চাউরাকপা খরা লৌখৎতুনা নৈনবা তারবদি মখাগীশিংসি পনবদা মতীক চায়।

## মহারাজ গম্ভীরসিংহগী মতম

মণিপুরবু অরানা খুদুম চন্দুনা চহী ৭ খুন্তাকঔেদা মহারাজ গম্ভীরসিংহনা কাছার লৈবাক্তা অরাগী মখুৎতগী মণিপুরবু কম্নকগীদমক লিংখৎখিবা মণিপুর লেভিদা রোমাসিংশু সিপোই অমা ওইনা চঙলক্কুনা মণিপুরগী লৈহাওদগী অরাশিংবু নিংথি রাংমা লাননা তানথোক্কুনা মণিপুরবু নীং-খা তমহনখিবা লাঞ্জঙদা রোমাসিংশু লান্মী অমা ওইনা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা

লৈবাক কনবা য়াওরক্লবা মীশকনি। মতম অদুগী গম্ভীরসিংহ নরসিংহগী লুচিং মখাদা শিবা কিদনা মরৈবাক্কীদমক লাম্লেংনখিবা মণিপুর লেভিগী লান্মীশিংগী থৌনা লিংজেল নৎলমদ্রবদি মণিপুর ইতিহাসকি য়াওলদা করি ওইরমগদগে হায়বা লুনা থোক্কনি। ঙসিগী অমদি তুংগী মীরোলনা অথৌবাশিং অদুগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎতুনা শদ্ধাঞ্জলি কৎফম থোকই।

গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মতমদা নিংথৌনা য়াম্না হেম্না নক্লবা, নিংথৌনা খ্বাইদগী হেন্না থাজবা, নিংথৌনা য়াম্না মুম্না মশক খঙবা মীওইশিংগী মনুংদা লোংজাম্বা রোমাসিংশু অমা ওইদুনা লাক্লবনি। মসিগী খুদমদি খৃঃ ১৮২৯ গী অদুরাইদা বৃটিশনা খাসীশিংবু ময়য়োক্লদুনা থেংনবা ঙমদ্রবদা গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মতেং নিজরকপদগী গম্ভীরসিংহ মহারাজনা বৃটিশকি মতেং পাংদুনা খাসীশিংবু মায়থীবা পীখিবা হাকতক্তা R.B. Pemberton অমদি Captain Grant নচিংবা বৃটিশ ওফিসারশিংগা পাউ ফাওদোক ফাওজিনগী থবক্তা পাউখোল্লোয় ওইনা রোমাসিংনা অচৌবা থৌদাং লৌখি। নিংথৌগী পাউখোল্লোয়, রাষ্ট্রদূত অমা ওইনা থৌনা লৈনা মণিপুরদগী সিলেত ফাওবা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা নিংথৌগী পাউ পুথোক পুশিন তৌখিকপী ৱারোল 'খাহিঙম্বা' কৌবা লাইরিক্তা য়াম্না মরীক চুম্না ইরম্বা অসিনা রোমাসিং অসি গম্ভীরসিং মহারাজগা নকসিন্না লোয়নবা মীশকনি হায়বা খঙবা ঙম্মি।[১১]

মহারাজ গম্ভীরসিংহগী মতম খৃঃ১৮২৬ তা মণিপুরদগী অৱা তাম্নোক্তুনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবা মতমদা চীংগী লমশিংদা নৌনা লান্দাদুনা খুন কয়া খুদুম চনশিন্নবা হোৎনরকপা মতমদা মৈতৈগী অকল অথৌ, থৌনা ফবা লান্মী কয়ানা অচৌবা থৌদাং লৌখি। ওকশ্রুল, হুইনিং, সায়াম, ফদাং, হাইচুম, চোইথর, নুঙবী, নুঙহার, সিরোই, লাতাং, থোনলাং, তামাতাকৌ, তাতোল, ঙামৈ, সলমৈ, নাকাচেং, খিংক্রা, থৌকুম, তায়াৎ, সাইতোল লমনচিংবা খুলশিংদা লান্দাদুনা খুদুম চনশিনবদা থৌনা লিংজেন উৎখিবা মৈতৈ লান্মীশিংদা গম্ভীরসিংহ মহারাজনা মনা মথুম পীখিবশিং থারকপদা রোমাসিংশু য়াওই হায়বসি 'ঔৱা ঙম্বা' লাইরিক্তা মখাগী অশুন্না সৈথারম্বা অসিদগী খঙবা ঙম্মি।

*'ইদাইরেম কোনসবা কীর্ত্তি নঙদি কবোগী তুমুনিংথৌ ফংজখিরো। ইদাইরেম অরোইবা নঙদি মোইরাং নিংথৌ ফংখিরো। ইদাইরেম লোংজম্বা লমা নঙদি নবুধৌনা শুকনু ইরমশেলগী থৌরম পুন্নমবু তৌমরএ। লমা নঙদি লমসনাপতি ওইদুনা শুকনু ঈরম পুন্নমগি হাওয়াম পুন্নমবু তকখাইদুনা পোইরে নাইয়াম থাও।'*[২৩]

লাইরিক অসিদা থারমলিবা রারোল অসিদগী খঙবদি গম্ভীরসিংহ মহারাজগী হাক্তক্তা চীংগী হাওখুল কয়া জয় তৌদুনা মৈতৈনা খুদুম চনশিনবদা রোমাসিংশু থৌনা ফনা অচৌবা থৌদাং য়াখি হায়বসিনি।

## মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম

রোমাসিংনা মহারাজ গম্ভীরসিংহগী হাক্তক্তা নিংথৌগা য়াম্না নকবা মীশক অমা ওইনা থবক থৌরম কয়া পাঙথোক্তুনা লাক্লকশু নরসিংহ মহারাজ অমদি দেবেন্দ্র মহারাজগী হাক্তক্তদি রোমাসিংনা পাঙথোকখিবা থবক থৌরমশিংগী অকুপ্পা রারোল লীখুল ফংবদা রানা থোকই। রোমাসিংনা শীংথাবা য়াবা থবক কয়া লৈবাক নিংথৌগীদমক পাঙথোকলম্বা থবকশিংদি মপুং ওইনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা পানবা মতমদনা অয়াম্বনি।

গম্ভীরসিংহ মহারাজনা নোঙাম্লবা তুংদা চন্দ্রকীর্ত্তিনা অঙাং ওইনা নিংথৌ খুভম শিলহৌখি। চন্দ্রকীর্ত্তিনা অঙাং য়াম্না ওইবা মরমনা নরসিংহনা রিজেন্ট ওইনা লৈবাক ঙাকপগী থবক পুদুনা লৈববু চন্দ্রকীর্ত্তিগী অপোকপী মমা মহারানী কুমুদিনীনা কল্লকপদগী মনাই নকিদা ইনশিন্দুনা নরসিংহনা লাই খুরুম্লিঙেদা থাঙনা য়ান্দুনা হাৎনবা হোৎনরুবদা শিহৌদবদগী কুমুদিনী মহারানীনা পিক্লিবা নিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তিবু পুক্না কাছারদা চেনখি। ফিভমনা য়াদবদগী নরসিংহনা নিংথৌ ওইখি। নরসিংহ মহারাজ নোঙারবদা মনাওনিপা দেবেন্দ্রনা অমুক নিংথৌ খুভম শিলহৌই। দেবেন্দ্রনা নিংথৌ ওইরে তাবদা চন্দ্রকীর্ত্তিনা কাছারদগী লান্মী পুদুনা লান হৌরকখি। লালহৌ অদুদা চন্দ্রকীর্ত্তিনা মায় পাক্তুনা অমুক হন্না খৃঃ ১৮৫০ দা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক ঙাকপা হৌরকখি। অশুম্না পাল্লকপা মতম

খৃঃ ১৮৫৩ মতম অদুরাইদদি রোমাসিং চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী ফমদৌ ফমলুপতা পোৎশঙবা হজ্জবা হায়বা ফম পায়দুনা ফমনাইবা অমা ওইরে হায়বসি চৈথারোল কুম্বাবদগী খঙবা ঙম্মি।[২৪]

নিংথৌ কনবা

অকামহাও নত্রগা শুটি হায়বা জাৎসি মৈতৈগো য়েক্লন্দুনা লাক্লবা কাঙবুনি। মখোয় অসি য়াম্না শাথিবা মথৌনা মরিংজেল য়াম্না লৈবা অদুগা মপাঙ্গলশু য়াম্না কনবা চাউ শাংবা কাঙলুপনি। মখোয়না খুন্দাবা মফমনা মণিপুরগী খা থংবদা কবো তম্পাক্কী মনুং মণিপুর রিভরগী নোংপোক অদুগা কলেরাগী মনিঙদা শন্দোক্লুনা লৈবা লমশিংদা খুন্দাবা কাঙলুপনি। কামহাও নত্রগা অকামহাও হায়বা কাঙলুপ অসিনা মণিপুরগী লমদা ঙাইহাক লৈতনা চঙশিল্লক্লুনা মী ফাবা লুট পাৎ কয়া তৌবনা মরম ওইদুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা মখোয়বু লাকশিনগে খনবদগী খৃঃ ১৮৫৬ তা নিংথৌ মশামক য়াওনা লান্মী ১,৫০০ রোম পুদুনা লান্দাখি। হান্না মাঙজিল থাখিবা লান্মীশিংগা কোন্না তুংদা লাকপা লান্মীগা উনদবদগী অকামহাওনা খঙহৌদনা মৈতৈ লান্মীশিংগী মথক্তা লান্দাশিল্লক্লুনা মৈতৈ লান্মীশিং কাং খোং চাইখি। মৈতৈ লান্মীশিংনা অকাম হাওশিংগা লাপ্লেনবদা মায়থিবদগী নিংথৌবু হন্দোক্লমলগা চেন্নরকখি।[২৫] কামহাও কাঙবুনা তকখাইরকপদগী মৈতৈ লান্মীশিংনা তুরেল লানবদা নোংমৈ ২০২, দোলাই মুকশুঙম্বা, থাঙ ওকখুলঙম্বা, সনাগী চোং সেকপিম্নচিংবা হন্দোক্লম্বতা নত্তনা কোল-লীক, ফি-রোল, চান-থক্লবা কয়া মাঙহৌখি। নিংথৌবু থৌনা ফবা মৈতৈ অকল অথৌ খরগা অরেবা থৌনা পুথোক্লুনা কোনুং য়ৌনবা পুরকখি। মহারাজনা কোনুংদা থুংলরবদা নোংমৈ হনজেকলম্বশিং নোংমৈ অমমমদা লুপা ২৩।২৩ শিংহনখি। খুদোংথীরবা তানফমদা নিংথৌবু য়েক্লবনা ফাখিবা নত্রগা হাৎখিবা য়ারবা তাঞ্জাদা থরায় পাম্মুদনা নিংথৌগী সনা থৌগল ফংজরকপশিংগী মনুংদা রোমাসিংশু অমনি। থৌদোক অসিগা মরী লৈননা নিংথৌনা নিংথৌকনবা য়াওবা অঙম অথৌশিং পুন্নমক্তা নিংথৌ ফি, স্না খুজি, স্নারিক পরেংনচিংবা পীবিখি। মতাং অসি কুম্বাবদা অশুন্না চল্লম্মি-

*'শক ১৭৭৮, রাকচিং থাদি নোংমাইজিংনা হপ্লে। ২৪নি নিংথৌকাব্দা মহারাজনা অকামহাও নারুবা থুংলৈএ। মী ৩৯ লান্দা শিরকএ। মখোয় অদুগী শোরাং মহারাজনা শোনবীএ। .... মহারাজগী ম্না থৌগল ফংজরকপা চিরোমমচা পার্থ নহারুপ লাকপা হাওবমবচা বিনোদা মেজোর ২ মদি থাংবন পীএ। লোংজাম্বা লোমা পোংশংবা হঞ্জবা, লাইতোনজমচা চন্দ্রসিং ২দি ম্না থৌগল ফংজরকপা পুন্নমক্তি মাগী মাগী মতিক ওকপা য়েংদুনা নিংথৌ ফি ম্না খুজি ম্নরিক পীএ।'*[২৬]

## Sepoy Mutiny দা রোমাসিং

ভারতকী ইতিহাসতা সিপোই মিউটিনি অসি য়াম্না মরু ওইবা থৌদোক অমনি। খৃঃ ১৮৫৭ কি নবেম্বর তাং ১৮ দা ৩৪ শুবা নেটিভ ইনফেন্ট্রি গী লান্মী কম্পানি অহুমখক্লা বৃটিশ সরকারগী মথক্তা লান হৌরকখি। লালহৌ অসি মথং মথং সন্দোরক্তুনা ত্রিপুরাগী জঙ্গল ফাওদুনা লাক্লগা শিলোত অদুদগী মমৈদা কাছার য়ৌরকখি।[২৭] লালহৌ অসিগী কাঙবুদা তোংশিন্দুনা চৌরজিৎ মহারাজগী মচাইবুংঙো নরেন্দ্রজিৎ সিংহনা লালহৌ অমা চখরকখি।[২৮] বৃটিশ সরকারনা লালহৌ অসি নমথনবা কন্না হৌৎনবদগী খৃঃ ১৮৫৮ গী জুন থাদা নরেন্দ্রজিৎকি মীচঙদা লালহৌবা য়াওরুবা মৈতৈমচা তরুকখক কাছারগী সুপরইন্টেন্দেনা ফারম্মী। মখোয়গী কাছার অমদি শিলততা লৈবা নিংথৌমচাশিং অমদি মৈতৈমচাশিং পুল্লগা মণিপুরদা লান্দনবা হোৎনরে হায়বা পাউ ফংবদগী চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা লান্মী তেঙ্গোল অমা থাদুনা লালহৌবা কাঙবু অদুবু থিংনবা হোৎনখি। নিংথৌগী লান্মীশিংগা নরেন্দ্রজিৎকী লান্মীশিংগা অকনবা লান থেংনরবা মতুংদা লালহৌবা সিফাই কয়া শিবতা নত্তনা নরেন্দ্রজিৎ সিংহ মশামকপু ফারম্মী। হায়রিবা সিফাই লালহৌ (সিপোই মিউটিনি) অসিদা মণিপুরগী নিংথৌনা মতেং পাংখিকীদমক বৃটিশ সরকারনা খৃঃ ১৮৫৯ দা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ অমদি মহাক্কী ওফিসার নিপান্দা ঈকায়খুম্নবা উৎপগা লোয়ননা খুদোলপোৎ কয়া পীখি। অদুগা লালহৌ অদু নমথবদা হকথেংননা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা রোমাসিং মেজোরদনা Mutiny Medal পীখি।[২৯] থৌদোক অসিগী মতাংদা ইঃ ডব্লিউঃডননা মহাক্কী লাইরিক 'গেজেটিয়র অব মণিপুর' দা মখাগী অত্তম্না ইরম্মি -

*"In 1859, at the recommendation of the Political Agent, the Raja was presented with a dress of honour, sword, and belt; at the same time eight of his chief officer received Khilluts. These gifts were expressive of approval of the conduct of the Raja and his officers during the Mutiny. One Major Roma Sing also received the mutiny medal, he having been actually engaged with the mutinous sepoys from Chittagong."*[৩০]

মথক্কীশিং অসিনা মপুং ওইবা থৌদোকশিং ওইরকশু অতৈ তঙান-দা লান চৎপা, চাত্রিকতা লান্দাবা, কাম্বিরোন্দা লুসৈগা লান শোক্রুবনচিংবা কয়াশু চৈথারোল কুম্বাবদা চল্লম্বা থেংনৈ।

ৱারোইশিন

মণিপুরনা পীক্লকশু পীক্লা মশাগী চহী ২০০০ রোমগী শাংলবা মতম অমা নীং-খা তন্না পাল্লকখিবগী ইতিহাস অমা থম্বা ঙমলকলিবসি লোংজাম্বা রোমাগুম্বা মরৈবাক নীংবা, মথৌনা লৈবা, লৈবাক নিংথৌগীদমক মথৱায় থাদোকপা পাম্মুদবা মচা কয়া পোকখিবগী মপান্ননি। ঙসি অমদি তুংগীদমকশু মালেম অসিদা মৈতৈশিংবু, মণিপুরবু শক তাক্তুনা মশাগী শক্তম ঙাকনা হিংজবা ঙমনবগীদমক মহাক্কুম্বা মীশক কয়াগী থৌদাং চাউনা লৈরি। লোংজাম্বা রোমাগুম্বা মীশক অমনা লৈবাক নিংথৌগীদমক ৱাবা নাইদনা কখোকপগা লোয়ননা তৌজরম্বা কয়া ঙসিগী মীরোলনা নীংশিংবীবা হায়বসি হৌরকলিবা নহারোলশিংদা মরৈবাকপু নুংশিবা মণিপুরগীদমক কখোকপা ঙম্বগী থৌনা লিংজেল চেল্লকনবগী অচৌবা পারা অমা তম্বিবনি হায়না লৌবা য়াই। মসিনা মালেম অসিদা পীকখ্রবা মণিপুর, য়ামজদ্রবা মৈতৈ ফুরুপনা মশাগী শক্তম ঙাকনা হিংবা ঙমহৌগদৌরিবনি।

॥লোইরবা॥

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং

১। Family History
২। মণিপুর ষ্টেট আর্কাভস, *A History of Manipur Police* (1891-1972), 1993.
৩। E.W. Dun, *Gazetter of Manipur*, 1881.
৪। Manipur State Archives, মথক্কী লাইরিক।
৫। Sir James Johnstone, *Manipur and the Naga Hills*, 1990.
৬। এল, ইবুংঙোহল অমশুং এন, খেলচন্দ্র, *চৈথারোল কুম্বাবা*, ১৯৮৯, লাঃ ৪৭২।
৭। মথক্কী লাইরিক।
৮। R.B. Pemberton, *The Eastern Frontier of India.*
৯। মথক্কী লাইরিক।
১০। এল, ইবুংঙোহল অমশুং এন, খেলচন্দ্র, মথক্কী লাইরিক।
১১। লাইশ্রম মঙ্গী সিংহ অমশুং লোংজম মনি সিংহ, *মণিপুর ইতিহাস মৈতৈ পুরান, বিজয় পঞ্চালি*।
১২। নন্দলাল শর্ম্মা, *মৈত্রবাক*।
১৩। এন, খেলচন্দ্র, *ফমলোন*।
১৪। চৈথারোল কুম্বাবা, খুৎই।
১৫। এল, ইবুংঙোহল অমশুং এন, খেলচন্দ্র, মথক্কী লাইরিক।
১৬। এন, ইবোবি।
১৭। এল, ইবুংঙোহল অমশুং এন, খেলচন্দ্র, মথক্কী লাইরিক।
১৮। এন, ইবোবি।
১৯। এন, খেলচন্দ্র, *ফমলোন*।
২০। এল, ইবুংঙোহল অমশুং এন, খেলচন্দ্র, মথক্কী লাইরিক।
২১। Sir James Johnstone, মথক্কী লাইরিক।
২২। মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ, *খাহিঙম্বা*, ১৯৬৭।
২৩। ইরোম অমুবী, *ঔরা ঙম্বা*, লাঃ ৮০/৮১।
২৪। এল, ইবুংঙোহল অমশুং এন, খেলচন্দ্র, মথক্কী লাইরিক।
২৫। লৈসাংথেম চন্দ্রমনি, *মণিপুর ইতিহাস*, লাঃ ১৩১।
২৬। এল, ইবুংঙোহল অমশুং এন, খেলচন্দ্র, মথক্কী লাইরিক।
২৭। J. Roy, History of Manipur.
২৮। মথক্কী লাইরিক।
২৯। এল, চন্দ্রমনি, মথক্কী লাইরিক।
৩০। E.W. Dun, মথক্কী লাইরিক, লাঃ ৪৭।

---

# লোংজম রোমাসিংহঃ
# মরৈবাক নুংশিজবা জেনেরেল অমা

নুংলেম্পম শ্যামকন্হাই

*মেম্বর, মণিপুর রিছার্চ সোসাইটি*

মণিপুর হায়না খঙনরিবা অসি মহৌশাগী লম্মিৎলোন্দা হিমালয় চীংশাংগী নোংপাক থংবা শরুক্তগী খা থংবদা শন্দোরকপা চীংশাং পরিংগী মশা মরেংনা কোয়শিনবা লৈবাকনি। ময়ায়দা অপিকপা তম্পাক লৈবা লমদম অসি নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইরম্মী। নিংথৌনা অশুম্পা শক্তি পায়রম্বা লৈবাকনি। ঙল্লিঙৈদগী লমদম অসি লোল-লি মান্নদবা. চাক-চা ফিজেৎ মান্নদবা, মীওই কাঙলুপ কয়াগী খুন্দাফমনি। মান্নদবা কয়াগী মান্নবা ইতিন্নফম ওইনবা নিংথৌদা শক্তি পায়হনবসি তৌদবয়াদ্রবা ইতিহাসকী তাঙ্কক অমনি। অদুম ওইনমক লিশাংশিৎনা চৎথরকখিবা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইজরকত্ত হীরম খুদিংদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবসি নিংথৌ মচা মশুশিং ঙাক্তনা লৌখিবদি নত্তে। মীয়াম মরক্তগী লুচিংবা, রাখল থোকপা, মতিক মথৌনা লৈবা মীওই কয়ানশু হৌজিক লৈরিবা মণিপুর অসি শেমগৎলকপদা শরুক য়াখি। ১৯শুবা শতাব্দীগী অঙনবা তাঙ্কক্তা পুংমুৎ মুৎলুরবা মণিপুর অসিবু অরাশিংগী খুত্তগী কন্নবা হোৎনখিবা অমদি অমুক নৌহৌননা শেমগৎনবা হোৎনখিবশিংগী মনুংদা শীংথানবা য়াবা খরগী মমিং পনবা তারবদি অপিকপা লান্মীদগী হৌরত্তুনা জেনেরেল ফমথোল য়ৌখিবা রোমাসিংহগী মমিং ঐখোয়না ইতিহাসকী লমায়দগী ফংবা ঙম্মী।

রোমাসিংহ, অঙোম কাঙ্গলুপকী মনুং চনবা লোংজম সাগৈদা থৌবাল কিয়ামদা পোকখি। মহাক্কী পোকপগী জন্ম কুঠি ফংদবা মরমনা মাগী পোকপগী অশেংবা নুমিৎ থাবান চহি পীবা রানা থোকই। অদুবু শ্রীযুৎ মহারাজ গম্ভীর সিংহনা খৃঃ কুম ১৮২৪ দা লিংখৎখিবা মণিপুর লেভিদা মহাক্কী মমিং য়াওরম্বা অসিমক্তা তাকপদি হায়রিবা মীওই অসি মতম অদুদা মপুঙ ফাবা মীওই অমদি শোয়দনা ওইরমগনি। মতম অদুদা লাল্লুপ কাদুনা

সিফাই খনবা য়াবা নুপা অমগী চহিদি ১৬ তগী তাদবা ওইগদবনি। মরম অদুনা রোমাসিংহগী পোকপগী চহি খৃঃ কুম ১৮০৬ তগী তাদবা শোইদনা ওইরমগনি। অদুবু মহাক অসি মতম অদুগী লেভি মনুংদা লান্মী ৫না শাবা শিংলুপ অমগী লুচিংবা ওইরম্বা মরমনা চহি নৌবা সিফাই অমদি ওইরম্লোই। মহাক্কী অপোকপগী মমিংনা লোংজম খাবা অমশুং অপোকপীগী মমিংনা মোংবিজম চনু ললিতা কৌই। মমা মপানা পোকচবা মচানিপা অহুমগী মনুংদা রোমাসিংহনা য়াইমনি। মহাক্কী ময়াম্বা জগৎসিং সাগৈ পিবা ওইবতা নত্তনা সনা কোনুংগী উরুংপুরেলগী ফম্নাইবশু মহারাজ নরসিংহ অমশুং মহারাজ চন্দ্রকীর্তিগী মতমদা ওইরম্মী। মহাক্কী মনাও ইবুংঙোনা দামুদোর কৌই।

রোমাসিংহ, শক-চু ঙৌবা, মশক য়েংবদা মৈতৈ অমগী শকফম ফজবা, সাবান ফজবা, লান্মী অমা ওইবগী চুঙ-ফিরাল চাবা, মৈতৈ অমা ওইনা রাং-চাউবা মীওং মতৌনি। মণিপুরী সমাজদা নুপানা নুপী লোন্দুনা য়ুম্বানবগী চৎনবি লৈরম্মী। মসি ফম্নাইবশিংগী মরক্তা লেমজনিংঙাই ওইবা চৎনবিনি। মসিদা নত্তনা স্না কোনুংগী ফম্নাইবা ওইবশিংদা মচা নিংঙোল থাজবদা সাগৈগী লেমজনিংঙাই ওই হায়বগী চৎনবীশু লৈরম্মী। রোমাসিংহ না পুন্না তোঙানবা সাগৈগী নিংঙোল তরেৎ কা য়ুম্বানবগী লম্বীদা খোংদামিন্নখি। মহাক্কী মচা নিপা পুন্না ৯ (মাপন) নি।

## চহি ৭ (তরেৎ) খুন্তাকপদা কাছার অমশুং শিলেটতা লানজেনবাঃ

খৃঃ কুঃ ১৮১৯দা অরা নিংথৌগী ফম্বাল কাবগী থৌরমদা মীখা পোল্লবা লৈবাক অমগী নিংথৌ ওইনা মহারাজ মারজিৎ য়াওখিদে। মসিনা মরম ওইদুনা মহাকপু ফানবা অরাগী লান্মীশিং মণিপুরদা থাজিনলকখি। মায়োক্নবা ঙমদ্রদুনা মহারাজ মারজিৎ মণিপুর থাদোক্তুনা কাছারদা চেনখিরম্মী। মসিদা নত্তনা প্রজাশিংশু চেন্নবা য়াওরম্মী। মণিপুর অসি কাং-খোং চাইবা হৌরকলম্মী। খৃঃ কুঃ ১৮২১ দা অরানা পাকতক্লা য়ুমলিং খুলিংদুনা লৈবা পানাগী মফমশিং থুগাইরে। মীয়াম মমিৎতা মপি তা, মকোক্তা মখুৎ হাপ্পুনা




হা-হা-কার লাউনা চেন্নরে। অৱাশিংনা অফং অফংবা মখৈ নুপী অঙাং খাক্তনা মীওই লাখ অমা হেনবগী মথক্তা মখোয়গী লৈবাক্তা পুশিনখি। পাঙ্গল লৈত্রবশিংনা অৱাবা খোঞ্জেলনা লাউজবা নত্তনা মদুবু তাবিনবা লুচিংবা অমত্তা চোংথোকখিদ্রে। ইম্ফালগী কোনুং ওইরিবা কংলাদা লৈরিবা য়ুম-কৈ ফুরা দলাল থুগাইখিবতা নত্তনা মসিগী অকোয়বা চেকপল অমস্তুং থাঙ্গপাৎ লৈতেম মান্নবা তেমখাইখ্রে। কাঙবু খরনা পীকলিবা মচাবু মখাদা পোদুনা সা-কৈ মায়ওক্লদুনা নারক-শিংলক, চীং-মান লান্দুনা কাছার তম্পাক তান্না চেনখি। মখোয়গী মনুংদা খরনা শিলেটতা চেন্নখি। মতমদুদা পুংকক চাউরবা নিপামচা ওইরিবা রোমাসিংহ মপা মমা মচিন মনাওশিংগা হিংননবা অৱাবা কয়া থেংনদুনা ময়ান্না চেন্নবা লম্বীদা তুংইনখি হায়রুবী থাজবা ইতিহাস নৈনবা মীওইশিংদগী মত পীনবা য়াওই।

মণিপুর লেভীনা অৱা তানথোকপাঃ

মণিপুরদগী চেল্লকপা নিংথৌ ওইরম্বা অমস্তুং নিংথৌমচাশিং কাছার অমসুং শিলেটতা লৈরম্মী, মখোয়শিংগী মনুংদা চৌরজিৎ, মারজিৎ, গম্ভীরসিংহ অমস্তুং নরসিংহনচিংবা মরু ওইবনি। অৱাশিংনা কাং-খোং চাইহল্লবা মণিপুর অসি কন্নবা গম্ভীরসিংহ অমস্তুং নরসিংহ ৱাতান্নরম্মী। গম্ভীরসিংহ মশানা মণিপুরগী মহারাজ অমস্তুং নরসিংহবু সেনাপতি ওইরে হায়না লাউথোক্লম্মী। মখোয় অনিনা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানিগী এজেন্টশিংগা ৱাতান্নদুনা বৃটিশকী সীমনাদা শক্তি লৈনা লৈশিল্লিবা অৱাগী লান্মীশিংবু তকথোকপদা নত্তনা মণিপুরদগী মপুং ফানা অৱা তাম্মোক্তুনা মরৈবাকপু নিংতম্বা হল্লিন্নবা অমনা অমগী মতেং পাংনবা য়ানবা পুরকলম্মী। কম্পানীগী গবর্ণর-ইন-কাউন্সিলগী অয়াবা মতুংইন্না মণিপুরীনা নন্না শেম্বা 'মণিপুর লেভী' কৌবা সিফাই ৫০০ গী তেঙ্গোল অমা শেল্লম্মী। মসিগী চঙগদবা শেলথুম, ফিরোল অমস্তুং খুৎস্তু খুৎলাই নোংমৈনচিংবা কম্পানিনা পুথোকপস্তু য়ারম্মী। মেজর গ্রান্টকী মখাদা লান্মীশিং অসি ড্রিল তৌবা অমস্তুং নোংমৈ কাপ্পা তম্বীদুনা ট্রেনিং পীরম্মী। খৃঃ কুঃ ১৮২৪ গী জুলাই ৩০ দা, সিলেট লাইট ইফেন্টরিগী কম্যাণ্ডেন্ট ওইরিবা লেফ্‌টনেন্ট কর্নেল ইনন্সে রিলিয়ম না মণিপুর লেভীগী সিফাইশিংগী মমিং পিবদা রোমাসিংহগী মমিং য়াওই।

খৃঃ কুঃ ১৮২৪ গী ওক্টোবর থাদা কাছারদা লৈরম্বা অরাগী লান্মীশিংশু বৃটিশকী লান্মীশিং অমশুং মণিপুর লেভীগী লান্মীশিংগা থেংনবা ঙমদবদগী মণিপুর রোমদা হন্দোকখিরম্মী। খৃঃ কুঃ ১৮২৫গী মে ১৭তা সিলেটতগী মণিপুর তন্না শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহনা লেভীগী লান্মীশিংগা লোয়ননা চঙলকলম্মী। বৃটিশ সরকারগী হুকুমনা চৎপা নত্তবনিনা লেপ্টনেন্ট পেম্বরতন অমশুং মেজর গ্রান্টতি ভলন্তিয়ার ওইনা, লম্বী থোং অমশুং অতৈ-অতৈ লম তাবা য়াবা লম্বী য়েংনিংদুনা শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহগী মতুং ইল্লকই। মণিপুরদা চঙশিল্লকখিবা মণিপুর লেভীনা মপুংফানা অরাশিং তকথোকখ্রে। খৃঃ কুঃ ১৮২৫, জুন থাদা মণিপুরদা শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহনা ফম্বাল তোংদুনা মপুংফানা মণিপুরগী মহারাজ ওইরম্মী। খৃঃ কুঃ ১৮২৬ কী ফেব্রুৱারীগী তাং ১দা শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ য়াওনা নিংথি রাংমা লান্না থুংলদুনা অরাশিং মপুংফানা মণিপুর লেভীনা তকথোকখি। কবো তমপাক অসিশু অমুক হন্না মণিপুরগী ওইরম্মী।

মণিপুর লেভীনা লৌখিবা থৌদাংবু লেপ্তনেন্ট পেম্বরতননা অশুন্না ইরম্মীঃ

*'অসিগুম্বা চাবোই চাদবোই তৌরিবা মতম অসিদশু মণিপুরীদনা শেম্বা শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহগী লেভী কাংবু অদু পেন্দবগী মতৌ করি অমত্তা উত্তে। হরাউ হরাউনা চৎতুনা, তত্তনা নোংচুবদগী ঈশিং চাওখৎলবা তুরেলশিংদু লান্নবা থোংশু শাই। থোং শাবদা চংলিবা উশিংদু নোং মরক্তা চীংশিংদুদগী অকা অকুম তৌবদা চোকথরবা মশাশিংদু করিগুম্বা পোত্থাবা অমত্তা লৈতনা অদুম লাল্লী'*। (শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ, ১৯৬৯ অইবা গৌরচন্দ্র শর্মা দগী লৌথোকপা)

## খাসী নমথবদা রাজদূত ওইবাঃ

চহি মঙা হেন্না লৈবাক ঙাক্লবা মতুংদা, খৃঃ কুঃ ১৮২৯দা শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ মহারাজনা জগনাথ ক্ষেত্রদা তীর্থ চৎনবা থৌরাং তৌরম্মী। মসিগীদমক মাঙজৌননা রোমাসিংহ চৎনবা থৌরাং তৌরম্মী। রোমাসিংহনা চংগদবা চিঙ্জাক মশিংশুনা শেমশারদুনা অমশুং নুপী নহা ব্রাহ্মন বৈষ্ণব রতন মাপন য়াওনা

বরাক তুরেলদা হি তোংদুনা চৎলম্মী। মতমসিদা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানীনা শিলোংদগী গৌহাতি য়ৌবা ললোন লম্বী (Trade Route) শেম্বদা খাসিনা অথিংবা পীবতা নত্তনা বৃটিশ ওফিসার অনী অমশুং কুলি কয়া হাৎখিকী রাথোক লৈরম্মী। খাসিবু চপ চানা লাকশিনবা কম্পানীনা পামলম্মী। মরমসিনা মণিপুরদা মতেং পাংনবা হায়জকী পাউ লাক্লম্মী। মহারাজশু ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানীনা মণিপুরদগী অরা তাগ্রোকপদা মতেং পাংখিবনা মদুগী লমন শিংগে য়ারম্মী। মহারাজগী অপাম্বা অসি খঙহন্নবা বরাক তুরেনদা হিগী খোংচৎতা লৈরিবা রোমাসিংহ, পোৎসংবা হঞ্জবদা কম্পানীগী এজেন্ট ওইরিবা শিলেট জিলাগী কম্মিস্নার মিষ্টর টককরদা পাউ য়ৌহন্নবা খঙহনলকখি। মহাক্না পাউ ফংবগা হিদা পুরকপা পোৎশিং অমশুং যাত্রিকশিং থুনমক কাছারগী চন্দ্রপুরদা লৈবা রাজবাড়ীদা থন্নম্মী। পম্বা তৌদনা মিষ্টর টককরবু শীলেটতা উনদুনা খাসি নমথকী মণিপুরনা পীশদবা মতেংগী খন্নদুনা য়াম্নবা পুরকখি। মতাংসিদা চৈথারোন কুম্বাবদা অসুন্না ইরিঃ

*'শকাব্দ ১৭৫১ (খৃঃ ১৮২৯) কালেন ২২নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহারাজ শিলোংদা খাহি নাপা ঙমতরে হায়না তাক্তুনা লান পাংবা চৎখিএ। নবাব গোবর্নর ইস্কা (ডেবিদ স্কোট) সাহেপনা তুরেন মপান তাম্না থোকতুনা শ্রীযুৎ মহারাজপু ওকলমএ। শ্রীযুৎ মহারাজনা সাহেপকা লোয়ননা খাহি নাপা চৎএ। তেখাও লৈপাক্তা সাহেপনা শেমপা সিফাইকা মৈতৈকী সিফায়কা লময়েম্না লান চঙহনএ। মৈতৈ সিফাইনা হান্না খুন থুকাইএ। খাহি নিংথৌ ফাতুনা সাহেপ্তা পীরমএ'। (লাঃ২৩৪)*

মণিপুর অমশুং কম্পানীগী অপুনবা লান্মীশিংনা নমথবা লোইদ্রি ফাওবা রোমাসিংহ নাকন অনিগী পাউ পুবা মী রাজদূত ওইখি। খাসী নমথবা অসিদা মণিপুরগী লান্মী লুচিংবদি অচোম লুরাংবা অমশুং বামন লৈহাওথাবম গুণ শর্ম্ম না লুচিংখি। রোমাসিংহনা লৌখিবা থৌদাংবু বৃটিশ সরকারগী এজেন্টশিংনা অমসুং শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ মহারাজনা মথৌ মশক খঙকী থাগৎপা ফোংদোক্লখি।

## খা থংবা নাগা চীংশাং অমশুং চীংগী খুলশিং ঃ

মণিপুর অমসুং অসাম অনিগী মরক্তা বৃটিশশিংনা চৎথোক চৎশিন ললোন লম্বী অমা নাগাচীংশাং ফাওরগা শন্নবা পাল্লম্মী। থবক অসি তৌবদা

চীংশাংসিদা লৈবা নাগাশিংগা মুক্কদুনা লোইশিনবা অমদি চংলম্মী। খৃঃ কুঃ ১৮৩২গী জানুৱারি থাদা মণিপুরগী যুবরাজ জয়বীরসিংহ না লুচিংদুনা মণিপুরগী সিফাই ৭০০ অমশুং কুলি ৮০০ লোয়নরগা লেপ্টেনেন্ট পেম্বরতন অমসুং কেপ্তেন জেনকিন্স কা পুন্না মণিপুরদগী খোঙশাল্লগা অঙ্গামী, কচ্চা নাগাগী খুলশিং ফাউরগা ধনশ্রী য়ৌকগা অকোনবদা মোহুঙদিজুৱাদা লোয়শিলম্মী। খোঙচৎসিদা নাগাশিংনা অয়েৎপা কয়া পীরম্মী। মসিগী মতুং তারকপদা খৃঃ কুঃ ১৮৩২ গী ডিসেম্বর থাদা শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ মহারাজনা অচৌবা লান্মী খুৎপু পুদুনা অঙ্গামীগী খুনশিংদা চৎতুনা লোইপোৎ খোমলম্মী। শ্রীযুৎ মহারাজনা মহাক্কী মখাদা লৈবা লমনি খঙনবা মশামক্কী খোংগুন য়েকপা নুং য়ুংদুনা কোহিমাদা থনম্মী। চৎখ্রিবা খোঙচৎ অসিদা মহারাজগা লোয়ননা রোমাসিংহ পোৎসঙবা হঞ্জবা য়াওখি হায়কগী থাজবা লৈ। খৃঃ ১৮৭২ দা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্তি মহারাজগী য়াথং মতুং ইন্না কোহিমাদা রোমাসিংহবু য়েংশিন্নবা থারম্মী। মতাংসিদা চৈথারোন কুম্বাবদা ইরি *'কুম শক ১৭৯৪ (খৃঃ ১৮৭২) নি নিংথৌকাবদা লোংজমচা মেঞ্জরনা থিবোম্মেদা শ্রীযুৎ মপা ইবুংঙোগী পাতাসোন খুরুম্বা চৎলে।'* (লাঃ ৪০৫)

খৃঃ কুঃ ১৮৬৮ ফাইরেন (ফেব্রুৱারি)দা রোমাসিংহ অরাংলমদা লৈবা তঙান খুন্দা ইরাং নমথনবা থঙ্গাল মেঞ্জরগা লোয়ননা চৎলুই। চহি অসিমক্কী হিয়াঙ্গে থাদগু চাত্রিক খুলদা ইরাং নমথনবা চৎলুই। খুলসিগী খুল্লাকপা মখিন লেংবু দণ্ডি পীকগী মহুত্তা শ্রীযুৎ মহারাজনা অচা অথক, ফিরোন পীহন্দুনা মখুন্দা হলহনখি। থৌশিল অসি রোমাসিংহ মেঞ্জরনা শিনখিবনি। মসিনা মহাক্কা চীংমীদা য়েংবা মীৎয়েং ফজে হায়বদু তাকপনি।

## অকামহাও লাকশিনবগী থৌদৌঃ

মণিপুরদা শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজনা পানবা (খৃঃ ১৮৪৪-৫০) মতমদা অকামহাওশিংনা মণিপুরগী খা থংবা সিমনাদা লৈবা মোম্বী অমশুং হীরোরেনচিংবা খুলশিংবু খুদুম চনশিল্লম্মী। মখোয়না শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্তিনা পানবা মতম খৃঃ কুঃ ১৮৫৬ তা অমুক হন্না মণিপুরগী চীংগী খুনশিংদা চংশিল্লকুনা চাইখাইকগী থবক চৎথরকখি। মরম অসিনা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্তি মহারাজনা মখোয়বু চপ চানা অকনবা

দণ্ডি পীননকপীদমক খৃঃ কুঃ ১৮৫৭ তা মখোয়গী মথক্তা নমথনবা লান্মী ১৫০০ থারন্মী। মাগী লান্মীশিংবু মহারাজ মশামক্কা লুচিংদুনা খোংশানখি। অদুম ওইনমক মহারাজনা লুচিংদুনা চংশিনখিবা লান্মীশিংদু অকাম হাওশিংগা মায়োক্নবা ঙমদনা চেন্নখি। লান্মীশিংনা লান হন্দোরকপদা মখোয়না হান্না চংলকখিবা লম্বীদা হন্দোরকপগী মহুত্তা অতোম্পা লমথুংফম খংলোইদবা লম্বীরোমদা চেন্নখিবনা মরম ওইদুনা মখোয়গী চান-থরুক্কী পোৎলম পুন্নমক ফংখিদ্রে। অশুন্না চেল্লকখিবা লান্মীশিংগী থৌওং অসি কলোনেল মেককলোক্নদি তশেংনা পাংদবগী নত্রগা লিংজেল লৈমন্দবগী থোকপা থৌদোক্নি হায়না ইরন্মী। লান্মীশিং অদুনা দাইত্ব কয়ামুক য়াওদবগে হায়বদা মখোয়না মখোয়গী মহারাজ ফাওবা হন্দোক্নুনা চেন্নখি। মহারাজ মশামক মহাক্কা লোয়নব লান্মী ২০ খক্তগা লোয়ননা কোনুংদা থুংলখি। তশেংবমক্তি শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্তি অসি অকাম হাওশিংগী খুত্তা শিবা য়াবা খোংফম ওইখিবনি। খুদোংথিনিংঙাই ওইরবা থৌদৌসি শ্রীযুৎ মহারাজবু কনবদা য়াওখিবশিংগী মনুংদা রোমাসিংহ অমনি। মতমসি ফাউবা মহাক পোৎসঙবা হঞ্জবা ওইরি। মহাক্কী মতিক মগুণ খংলদুনা শ্রীযুৎ মহারাজনা মনা মথুম পীখিবগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুন্না ইরি :

*'ককচিং চন্দ্রশ্যামনা চৈথাবা কুম শকাব্দ ১৭৭৮ (খৃঃ ১৮৫৭) ১৮নি পানবা লৈবাকপোকপদা ৱাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। ২৪নি নিংথৌকাবদা মহারাজনা অকাম হাও নারুবা থুংলৈএ। মী ৩৯ লান্দা শিরকএ। মখোয় অদুগী শোরাৎ মহারাজনা শোনবীএ। নোংমৈ খুৎলাই হন্দোকলম্বশিংদি লাইরেকএ হায়দুনা নোংমৈ অমদা লুপা ২৩ লৌখৎলে। মহারাজগী স্না থৌগল ফংজরকপা চিরোমচা পার্থ নহারুপ লাকপা হাওবমচা বিনোদ মেঞ্জর ২মাদি থাংবন পীএ। লোংজাম্বা লোমা পোৎসঙবা হঞ্জবা, লাইতোনজমচা চন্দ্রসিংহদি স্না থৌগল ফংজরকপা পুন্নমক্তী মাগী মাগী মতিক ওকপা য়েংদুনা নিংথৌ ফি, স্না খুজি, স্নারিক পীএ'।* (লাঃ ৩৩২)

অকাম হাও নারুবা মতুংদগী রোমাসিংহদা মেঞ্জর ওইনা ফম থিন্দোকখ্রে।

লুসাইশিংনা মণিপুরগী সীমানা মনুংদা লৈবা খুলশিংদা ওৎ নৈবা হেক হেক তৌরন্মী। মসিনা লৈবাক্কী ঙাকসেন থৌসিন্দা অকায়বা পীরন্মী। রোমাসিংহ মেঞ্জরনা লমহেনবা লুসাইশিংবু নমথনবা লান্মী খুৎপু পুদুনা খৃঃ কুঃ ১৮৬৯ দগী ৭৭ ফাওবদা লাকশিনবগী পাউ চৈথারোন কুম্বাবদা পল্লন্মী।

## সিফাই লালহৌ নমথবাঃ

খৃঃ কুঃ ১৮৫৭ তা ভারত্তা সিফাই লালহৌ অমা বৃটিশ সরকারগী মনুংচনবা লমদংগী হৌরকলম্মী। চিটাগোংদা লৈবা ৩৪ শুবা নেটিব ইন্‌ফেন্টরি (34th N.I.) গী সিফাই কম্‌পানী ৩না কেম্‌প থাদোক্তুনা চৎখিরম্মী। লানহৌবা সিফাইশিং অসিবু নমথনবা সরকারগী সিফাইশিংগা মফম কয়াদা খুৎথোক্লরম্মী। মহারাজ ওইরম্বা চৌরজিৎ সিংহগী মচাইকুংঙো নরেন্দ্রজিৎসিংহ, স্না চহি অহুম হায়না খঙনবা অসিগা অকোনবদা লালহৌবা সিফাইশিংগা পুনসিল্লগা মণিপুরগী সীমনা ওইরিবা জিরিবামরোমদা চংশিনলম্মী। পাউ অসি তাবগা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্তি মহারাজনা মহাক্কী লৈবাক্কী শাসন্দা মরা তপ্না লৈবা ঙম্লরোই খনবদগী এজেন্টকী মনাক্তা চৎলগা অঙম্বা মতেং পাংগে হায়রুই। রাফম অসি এজেন্ট ওইরিবা মেককলোক্না শুপ্রিম সরকারদা খঙহনখি। লালহৌ অসি নমথনবা লান্মী থাজিনবদা রোমাসিংহ মেজর য়াওখি। অদুবু মহাক্কী মমীং অমত্তা পন্দনা চৈথারোল কুম্বাবদা অশুম্না ইরি *'শক ১৭৭৯ (খৃঃ ১৮৫৮)গী রাকচীং ৯ ইরাইদা হিন্দুনা ফিরংগি থুগাইরে, মৈতৈলমদা লাক্কনি হায়দুনা নোংমৈ ৫রক থাই। নামৈরাকপা মেজরনচিংদুনা সিফাই ৬০০ চৎলে। জিরি য়ৌএ। ফাইরেন ১১নি নিংথৌকাবদা ময়াম্লুং ইবুংঙো চহি ৩(নরেন্দ্রজিৎ) ময়াংদগী থুংলৈএ (ফারকএ)। লমদা ২ নি নিংথৌকাবদা নামৈরাকপা মচা মেজর ময়াংদগী লান তানবা থুংলৈ'*। (লাঃ ৩৩৫) মণিপুরনা মসিগী সীমানা মনুংদা লানশিল্লকপা সিফাই লালহৌবশিংবু হকথেংননা খুথোক্লবদা হাৎপা ফাবাদা নৎতনা নিংথৌমচা নরেন্দ্রজিৎ ফারকখি অমশুং লালহৌ অদু নমথখি। লালহৌ অসিবু নমথবদা পেল্লদুনা পোলিটিকেল এজেন্ট মেককলোক্না খৃঃ কুঃ ১৮৫৯ দা মণিপুরগী লান্মী ওফিসারশিংদা মনা মথুম পীনবা অমশুং মহারাজবুশু তৌবিমল খঙবা ওইনা শুপ্রিম সরকারদা মীং লানখৎখি। বৃটিশ সরকারনা মণিপুরগী মহারাজবু থাংশাং অমদি খ্বাংলিগী মথক্তা লৈতেং ফিজোল (Dress of honour) খুদোল তম্লকপদা নত্তনা মহাক্কী ওফিসার নিপান চীংঙাখম্বা পুখ্রম্বা, চীংঙাখম্বা দেরান, নেপ্রা সেলুংবা, সৌরাইজাম্বা সেলুংবা, নন্দবাপু লাইরিকয়েংবা হজুবা অমদি গোকুল ঠাকুরবুশু লেমজনিংঙাই ওইবা ফিজোল (Khillut) পীরকখি। রোমাসিংহ মেজরদি

তশেংনা চিটাগোংদগী লাকপা সিফাই লালহৌবাশিংগা খুৎথোক্লবদা য়াওবনিনা 'মুটিনি মেদল' ফংখি।

## বৃটিশ অমশুং মণিপুরনা নাগাচীংশাং য়েন্নবাঃ

বৃটিশ অমশুং মণিপুর অনিনা নাগা চীংশাংদা লম য়েন্নবা অসি মপুং ফানা শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ মহারাজ মতমদগী লৈখায় ইতা তারমদে। খৃঃ কুঃ ১৮৪২ দা বৃটিশ সরকারনদি মখোয়গী মনুং চনবা লমনি হায়দুনা মণিপুরগী অৱাংথংবা নাগাচীংশাংদা লৈই পংখৈ অমা শেল্লম্মী। লৈই পংখৈ অসিদা মখোইনা সাসন তৌনবা চংবগী শক্তিদি লৈরমদে। সার জেম্‌স জোনষ্টোন্না চয়েৎনবা ঙমখৈগী মতাংদা মহাক্কী লাইরিক্তা ইরম্মী 'মফম মরাং খঙদবা মখল অমগী লৈই পংখৈ অমা মণিপুর অমশুং নাগা চীংশাংগী মরক্তা খৃঃ কুঃ ১৮৪২দা য়াৎথোক্লমই, মসি ঐখোয়গী (বৃটিশ সরকার) মায়কৈদা লেফটনেন্ট ব্রিগস অমশুং দরবারগী (মণিপুর) মায়কৈদা কেপ্তেন গোর্ডোন না তৌখিবনি।' (Page-36) খৃঃ কুঃ ১৮৭২দা অককনবা সীমনাগী পংখৈ অমা থন্নবা বৃটিশ সরকারনা মণিপুর অমশুং নাগাচীংশাং সীমনা লেপথোক্লবা সরভে অমা শিল্লম্মী। মণিপুরগী মীহুৎ ওইনা রোমাসিংহ মেজ্জরবু সরভে অসিদা য়েংশিন্নবা থারম্মী। বৃটিশ সরকারগী ওইনা কলোনেল থোমসন, কেপ্টেন বটলর অমশুং গোদরিন অষ্টিননা শরুক য়াখি। সরভে অসি খৃঃ কুঃ ১৮৭২ গী দিসেম্বর থাদা তৌবা হৌরম্মী। সরভে চৎথরকপদা বৃটিশশিংনা মমাংঙৈ খৃঃ কুঃ ১৮৪২ দা মখোয়গী য়েকথোক্লবা অমদি সীমনা য়াৎখ্রবা রিপোর্ট অমদা য়ুমফম ওইরগা মণিপুরগী সীমনাদা লৈজরিবা খুলশিংবু খৎতোক্লগা সরভে তৌনবা হোৎনরম্মী। মদুগী চংগদবা কুলিশিং পীনবা হায়রকপদা রোমাসিংহনা পীয়ু য়ারমদে। মহাক্কা অকনবা রাহৈনা বৃটিশ ওফিসার শিংদা হায়রম্মী মদুদি করিগুম্বা মণিপুরগী সীমনা মনুংগা য়ুম্বী নুঙ য়ুংলবদি মহারাজগী য়াথং মতুং ইন্না থুগাইগনি। য়ানদব্দগী মফমদুদা নাকল অনিমক উংখৎনখি। বৃটিশ এজেন্টশিংদা য়ান্না মলোম লৈনা লৌখি। সরভে অদু য়ান্নদনা তোকখি। চৈথারোন কুম্বাবদা অশুন্না ইরি *'হাওরোংবা দেবগী কুম শক ১৭৯৪ - ফাইরেন ১৪ নি*

*লৈপাকপোকপদা সংক্রান্তি হৌএ। অদু নুমিত্তা লোংজমচা তোপ মেঙ্গরস্ত তমাসোন সাহেপকা অরাংলম য়েন্নবা চৎলে। হান্না অরাংলম লৈরম্বা সাহেপ ৩ মাগা সিফাই ৬০ গা য়াওনা লময়েন্নববু য়াদদুনা হল্লকএ।'* (লাঃ ৪০৭) মসিগী মখা তাবদা শ্রীযুৎ মহারাজগা লোয়ননা বৃটিশশিংগা উন্নখিবগী মতাংদা চৈথারোন কুম্বাবদা অশুন্না ইরি *'ফাইরেন ১৯ নি নোংমাইজিংদা নিংথেম য়াওনা লৈপাক্কী অঙম্বা পুন্নমগা সাহেপ ৪গা বাঝাই তমফম শঙদা দরবার তৌএ, সাহেপ লাকপা ৩ মাগী মমিংদি পএ সাহেপ, কামবা সাহেপ, শুত সাহেপ অসিনে।'* (লঃ ৪৭) থিনথবা তৌদনা থাঙ্গাল মেঙ্গরগা লোয়ননা বৃটিশ ওফিসারশিংগা অমুক মখা তানা সরভে অসি তৌখি। রোমাসিংহ মেঙ্গরনা সরভে মনুংদা চৎথখিবা থৌওং অসি বৃটিশ সরকারনা তুমিন্না লৈথোকলমদে। রাখোক অসি চাউথোরক্তুনা ভারতকী ভাইসরোই অমশুং গবর্ণব জেনেরেলগী থাক্তা পুথোক্তুনা খন্নরম্মী। গবর্নর জেনেরেলনা ধমকাগা লোয়ননা তকখৎলকপদগী শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্তি মহারাজগী অরাবা ওইরম্মী। রাখোক অসি লোয়সিন্নবা শ্রীযুৎ মহারাজনা নমদুনা রোমাসিংহবু থবক্তগী থা অহুম সসপেন্ড (থবক কাহন্দবা) তৌরম্মী, থাগী ফংফম থোকপা তলব অমশুং এল্লাউরেন্সশিং পিদবতা নত্তনা মহাক্কী লৈকায়দগী হেন্দোকহল্লমদে, মতমসি লোয়দ্রিফাওবা পায়রিবা থাংশাং অদু পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরিবা ডাঃ রোবার্ট ব্রাউন্দদা শিন্নথোকহন্দুনা লানখ্রে হায়জহল্লম্মী। মহাক গতি লৈতবনিনা থম্মোয় শোক্না শ্রীযুৎ মহারাজগী য়াথং পাংথোকলম্মী। শ্রীযুৎ মহারাজস্ত থোকখিবা থৌদোক অদুগী নুংঙাইতবা বৃটিশ সরকারদা খঙহলম্মী।

মণিপুরগী মরমদা হৈশিংলবা অমশুং মুন্না খঙলবা সার জেমস জোনষ্টোন্না মহাক্কী মতমদা থেংনখিবা মীওইশিংগী মরক্তগী মমা লৈবাক নিংবা (Patriot) নি হায়দুনা থিন্দুনা তাক্লম্বা মীশক্তি রোমাসিংহখক্তনি। মহাক্কী "My experience in Manipur and the Naga Hills' তা মরৈ অনি লোংনা ইরম্মী *'He (Thangal) knew all our technical terms such as watershed in English, and had gained much*

*credit for enabling the survey to carry on their work in 1872, when the patriotic but ill judged zeal of an older officer, Rooma Singh, nearly brought about rupture* (Page-76)"

শরৌ লৌতুনবা য়াওদবাঃ

অলেকজেন্দর মেকেনজীনা ইরম্মী মদুদি লৈবাক মনুংগী নুংশি হৈতবমখে হাংনশুনবা অমশুং লালহৌনবগী থবক তৌবা, মসিদ নত্তনা মচানা মপা হাংপা অমশুং মচিন মনাও হাংনবা, মখৌনা লৈবা তৌদনা মীহাংপা অমশুং থাজবা মাঙহনবনা মপুং ওইবা মণিপুর ইতিহাসনি। মসিগা মান্নরপ তৌনা বি. সি. এলেন্না অশুন্না ইরম্মী মদুদি মণিপুর ইতিহাসতি লৈঙাক্লিবা নিংথৌবু ইনথুনবা লেম্পা নাইদনা শরৌ লৌতুনবগী ইতিহাসনা মপুং ওই। রাফমসিদা মীৎয়েং ওইরগা রোমাসিংহ মেজোরগী পুন্সি অমশুং থবক্তা নৈনবদা য়ান্না তায়ওন্নবা উবা ফংই। মহাক্না নিংথৌরেল মরিগী মতমদা কনাগুম্বা অমবু নিংথৌশেন্নবগীদমক লৈঙাক্লিবা নিংথৌবু ইস্থুনবা হোৎনখিবা তৌখিদে। লৈঙাকলিবা নিংথৌগী মনাক্তা মতম চুম্পা উংশিন্দুনা মশাগী কান্নবা লৌনবা হোৎনকশু তৌবা মীওইনি হায়কশু কনাগুম্বনা হায়বা লুগনি। মহাক্কী কোনুংগী মতম (খৃঃ কুঃ ১৮৩৪ দগী ১৮৬৬) দা কাছারদগী ফুজিল্লকপা নিংথৌমচাশিংনা মশিং ১৩দগী তাদনা ফম্বান ফংনবা হোৎনরকখি। লৈবাক মনুংগী ওইনা থাংখাং অনিরক্তা লালহৌ হৌরকখি। মহাক্না মনুং অমশুং মপানগী নিংথৌমচাগী লালহৌদা মতেং পীরগা লৈবা কাংখোং চাইহনবসি পান্নমদে। মহাক্না ইংনা তপ্না লৈবাক ইরাং হৌহনদনা লৈবাক শাসন তৌহন্নবা অমশুং 'ফম্বান' বু চেকশিন্না ঙাকশেনবা পামজবা মীওইনি। লালহৌরকপশিংবু ফারগা রায়েন তৌদনা হাৎতোকপদা মহাক্না হকথেংননা নত্রগা নাকোইননা তৌখিদে। মহাক্কী রাজনীতিদি 'নিংথৌ খনবা য়াও নিংথৌ শেম্বা য়াওরুনু' হায়বা পাদ্রে পাউরৌদা থাজবা মীশক্লি।

লান্নীগী ফমথোলঃ

খৃঃ কুঃ ১৮৫৭ কী অকামহাও নাবগী মতুংদগী মহারাজনা রোমাসিংহগী মতিকমগুণবু খঙলদুনা পোৎসংবা হঞ্জবা ওইরম্বদগী লান্নীগী মেঞ্জর ওইনা পুখৎলকখি। মহাক্না কম্যান্দ তৌবা লান্নী তেঙ্গোলদি তোপ তুলিনি। তুলি অসিগী মথৌদি বম তোপ কাম্পগী মরু ওইবা থবকনি। মরমসিনা ময়ান্না মহাকপু 'লোংজমচা তোপ মেঞ্জর' হায়রগা খঙনৈ। মহাক লান্নীগী খ্বাইদগী চাউবা কোর্ট ওইরিবা বিজয় গারোট অমশুং তোপ গারোটকী ফন্নাইবশু ওই। খৃঃ কুঃ ১৮৭৯গী সেপ্তেম্বর ২০গী থাংজ (নোংথোনবম ধর্ম্মসিংগী কুম শকাব্দ ১৮০১গী লাংবন ৫নি পানবা) নুমিৎতা মহারাজনা রোমাসিং তোপ মেজরদগী আরটিল্লারি জেনেরেলদা ফম থিন্দোকখি। নুমিৎসিদা থাঙ্গাল মেঞ্জরবুনা ব্রিগেদিয়ার জেনেরেলদা অমশুং সৌগাইজাম্বা মেঞ্জরবুনা জেনেরেলদা ফম থিন্দোকখি। মতুং নুমিৎ হুন্নি শুবদা সেপ্তেম্বর তাং ২৩ লৈবাকপোকপা (লাংবন ৮নি পানবা) নুমিত্তা জেনেরেল অহুম অসিনা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইবা জেমস জোনষ্টোনদা মখোয়না ফমথোন কারে হায়না উন্নদুনা পাউদমখি। জোনষ্টোন্না মহাক্কী দাইরিদা ইরি '*Sept. 23rd 1879 - This morning Thangal Major, Balaram Singh and Rooma Singh Major called on me and told me that the Maharajah had promoted them to the rank of General. This is a proceeding hitherto unknown in Manipur and as I think more significance than at first appears. It is in my opinion another sign of the determination of the Durbar to take active steps against Burmah should opportunity offers and viewing in this light. I was very unsympathising when the announcement was made, and while acknowledging the right of the Maharajah on the people to give my nickname they liked, I declined for the present to change my mode of addressing the gentlemen in question."*

অহানবদা সার জেমস জোনষ্টোন্না মেজর অহমদা জেনেরেল ওইনা শকখংবা য়ারমদবনি। মহাক্না অকোনবদা রাখল হোংলক্তুনা ইম্ফালদা ইংলিস স্কুল লিংনবা মহারাজদগী অয়াবা মেজর অহন্না পুরক্লবদি জেনেরেল ওইনা শকখংনবা মনতিক্লবগী উপায় অমা পুথোক্লম্মী। মসিগী মরিক চুন্না রাফম অদু মহাক্কী "My experience in Manipur and the Naga hills" তা ইরিঃ *Sometime after this I again renewed efforts that I had long time making for the establishment of an English school in Manipur. The Durbar naturally objected; wisely from there point of view, they knew as well as I did that the fact of their subjects learning English would eventually mean a better administration of justice, and a gradual sweeping away of abuses. I felt, however that the time was come, and I urged the question with great force, one day I said to the ministers, "You have long wanted to be addressed as "General" and I told you that when you did something worthy of it I should do so. Now the day that the Maharajah gave his consent to an English school being established, I shall address you as General". A few days afterwards the Maharajah's consent was brought. I immediately stood up and shook hands most warmly with them saying, "I thank you cordially Generals". From that day the question was finally set at rest, after years of longing on the part of the old fellow we had always understood each other, and they felt and respect the part. I had taken, and , I believe, valued their titles all the more from my not having given in at once."(page 144)*

## ব্রায়েন তৌদনা বন্দী হাৎপগী মায়োক্তাঃ

খৃঃ কুঃ ১৮৮১ গী জুন থাদা লাইরবা লৌমীনা মপুং ওইবা মীওইশিংনা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্তি মহারাজগী মায়োক্তা অচৌবা লালহৌ অমা য়াইরিপোক চন্দ্রখোংলোমদগী হৌরকলম্মী। মখোয়না অরাবা তারিবা অসিদগী কোক্লবা হোৎনবনা লালহৌ অসিগী মপুং ওইবা পান্দম ওইরম্মী। মসিদা নত্তনা মখোয়গী ওইজবা নিংথৌপানবা লৈবাক অমা শেমজবস্ত পামলম্মী। লৌমী লানহৌবশিং অসিনা চৎনবীগী মতুং ইন্না ইরেংবম থুন্দাংবু মখোয়গী নিংথৌ ওইহল্লম্মী। মসিদা নত্তনা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমদা লৈগদবা ফমথোলশিংস্ত মীওই ১৭তা তোঙান তোঙান্না থিন্দোকলম্মী।

লানহৌরিবশিংনা অকোয়বদা লৈরিবা নিংঙেল, নোংপোক সেকমাই, চন্দ্রখোং, অন্দ্রোনচিংবা মফমশিংদগী খুঞ্জা মীওই ৩০০মুক ইম্ফাল তন্না হায়গৎলম্মী। পাউ ফংবদগী ম্নাকোনুংনা খুদক্তা সৌগাইজাম্বা মেঞ্জর অমস্তং মাইস্নাম সামু মেঞ্জর অনিনা লুচিংবা লান্মী তেঙ্গোলগা লোয়ন্না ইরাং নমথনবা থাখিরম্মী।

য়াইরিপোক চন্দ্রখোংদা ম্নাকোনুংগী লান্মীশিংগা লালহৌরিবাশিংগা খুৎথোক্লরম্মী। মফম অদুমক্তদা, মহারাজগী য়াথং মতুং ইন্না লুচিংবা কয়ামুক্তি হাৎখিরম্মী। লালহৌ অদু নমথরম্মী। মসিদা নত্তনা লালহৌরকপা অসিগা মরী লৈননা চহি নাইদনা নুপা নুপী ২৭৯মুক বন্দী ওইনা ফাদুনা কোনুং তাননা পুখৎলকখি। মসিদা তনৌ তনৌরিবী লৈশাবী মচাশিং অমস্তং অঙাংশিং ফাউবা য়াউরকখি। বন্দীশিংবু নুমিৎ কয়ানিমুক দরকার লৈবা মচাকশিং ফংহন্দনা জেলদা তমথিনা ওৎ-নৈদুনা থমজিনখি। বন্দী ওইবা নুপাশিংবু খনগত্তুনা মীয়াম মমাংদা ফু চৈদুনা খোঙ্গোয়নখি। বন্দী ১১মুক্তি মহারাজগী য়াথং য়াওদনা থাঙ্গাল মেঞ্জরগী য়াথংনা শিবগী দন্দী পীদুনা হাৎলম্মী। অশিবা মসাশিং অদু মীহাৎ পুঙশিংদা নুমিৎ কয়ানিমুক ফৌরগা থমলম্মী। বন্দীশিং হাৎখিবগী পাউ তাবদা চন্দ্রখোংদা মথৌ তৌদুনা লৈরিবা সৌগাইজাম্বা মেঞ্জরদি মথৌ থাদোক্লগা কোনুং তান্না লাকলম্মী। মহাক্না মহারাজদা সিকগী চৈরাক পীরমগদবা বন্দী খরদি কলম্মী। মসিদা নত্তনা মেঞ্জর অসিনা মহারাজদা

রায়েন তৌদনা বন্দিশিং হাৎখিবা অদু য়ানিংদবগু ফোংদোকখিরম্মী। থোকখিবা থৌদোকশিংগী মতমদা লোংজাম্বা রোমাসিংহ মেঞ্জরগু ম্না কোনুংদা লৈতবা মতাং ওইরম্মী। মহাক্না কোনুং কারকপা মতমদা রারম পুন্নমক খঙলম্মী। মহাকগু মহারাজদা চৈরাপ, বিজয় গারোৎ অমগুং তোপ গারোৎ কী রায়েন তৌদনা বন্দীশিংবু শিবগী দন্দী পীখিবদু চুমদবা চৈরাকনি হায়না রাকৎলম্মী। মহারাজগু পীখিবা চৈরাক অদু য়ানিংদ্রফাউবদা থাঙ্গাল মেঞ্জরগী মওং-মতৌদা হায়বা ঙমদনা তুমিন্না লৈশিনখিরম্মী। অদুম ওইনমক মহারাজনা ম্নাকোনুংগী ফমনাইবশিংবু রাতেমশিনবা ওইনা ফমথোল কাহনবা, হোংদোক হোংজিন অমগুং পোৎথাহনবনচিংবা তৌখিরম্মী। বন্দীশিংগু জেলদগী থাদোক্তুনা মাগী মাগী খুলশিংদা হলহনখি।

## কোনুংদগী পোথারকপা মতাং অমগুং অরোইবা য়াহিপঃ

চৈথারোল কুম্বাবদা রোমাসিংহনা কোনুংদগী পোৎথাহনখিবগী রা পল্লমদে। অদুবু মহাক অসি অহল মতম ওইরকপনা মহারাজনা থবক্তগী পোৎথানবা য়াথং পীরম্মি। মতাং অসিদা "The Lost Kingdom " দা ইরি *"1881- 82 - Engen 28th Sunday - Longjamba Rooma singh was given millitary uniform and was escorted to his house on elephant"*। রোমাসিংহ মেঞ্জরনা শিখিবগী করিগুম্বা রেকোর্দ কুম্বাবাদা ইরম্বা য়াবনি। তৌইগুম্বগুং থবক তোক্লবা মতুংদা মহাক্না শিখিবনা ম্না কোনুংগী কুম্বাবদা ইরমদ্রে।

## ৱারোইশিনঃ

মণিপুর ইতিহাসকী লামায় খরদা মমিং য়াওরব্বা লোংজম রোমাসিংহগী মতিক মগুণ কনানবু মুৎথৎপা ঙমগনি? রোমাসিংহনা চাউরাক্লা চহী ৫৭ লোম লৈবাক্কী থবক তৌরমই। মহাক য়াম্না থাজবা য়াবা, মথৌ মশক খঙবা অমশুং অমকপা য়াওবদা অমা ওইনা নিংথৌরোল মরীনা মশক খঙখিবা মীশক্নি। মহাক মতম শাংনা মমা লৈবাক্কীদমক মীয়াম্বু তংদু লৈতানা লৈনবা অমশুং মতিক চানা ৱায়েন পাথাপ থমদুনা শান্তী লৈনবা হোৎনখিবা মীশক্নি। মহাক্না মণিপুরগী অকক্নবা সীমানা থন্নবা হোৎনখিবা থৌদাংবু মণিপুরী কনানা কাউগনি? মসিদা নত্তনা মরৈবাকপু মতিক চানা মপান লমদম গা মান্ননা চাউখৎ খোংথাংদা য়াউনবা হোৎনখিবা মীশকসু ওইখি।

জেনেরেল লোংজম রোমাসিংহগী মমিং অসি মণিপুর ইতিহাসতা মুৎপা নাইরোইদবা ওইনা লৈহৌরগদবা ১৯শুবা শতাব্দীগী শীংথাবা য়াবা মীশক অমনি।

## নৈনখিবা চে-চাংশিং অমশুং লাইরিকশিংঃ


Unpublished documents/Primary sources

National Archives of India, New Delhi.

Foreign Department, Political - A 1873

" " " " 1874

Assam State Archives

Assam Secretariat Proceedings, 1875 File No. 1081 of 1875

## Reports and Books/ Secondary sources:

1. Pemberton, R.B.: *Report on the Eastern Frontier of British India, Calcutta, 1835.*
2. Johnstone James : *My Experiences In Manipur and Naga Hills, London, 1896.*
3. Clark J.: *Precis of Correspondence & Regarding Manipur Affairs, Calcutta, 1879*
4. Brown, Dr.: *Statistical Account of the State of Manipur, Calcutta, 1874.*
5. Joychandra, L.: *The Lost Kingdom, Imphal, 1995.*
6. *A History of Manipur Police, (1891-1972), Imphal, 1993.*
7. Mackenzie, A.: *The Hill Tribes of North East Frontier of Bengal, Calcutta, 1884.*

## Manipuri Books

১. গৌরচন্দ্র শর্ম্ম : *শ্রীযুৎ গম্ভীরসিংহ,* ১৯৬৯

২. ইবুংঙোহল, খেলচন্দ্র : *চৈথারোল কুম্বাবা,* ইম্ফাল, ১৯৮৯

৩. স্নাহল সিংহ, রাজকুমার, *হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী লাইরিকশিং পুন্সিনবা,* ইম্ফাল, ১৯৮২

৪. অমুবী সিংহ, ইরোম, *ঔরা ঙম্বা,* ইম্ফাল, ১৯৭৯

৫. চন্দ্রমনি সিংহ, লৈসাংথেম, *মণিপুর ইতিহাস*, ইম্ফাল ১৯৭০


- - - - - -

# মৈত্রবাক্কী সেনিয়রমোষ্ট জেনেরেল লোংজমচা/লোংজাম্বা রোমা সিংহ

বিঃ কুল্লচন্দ্র শর্ম্মা
*ব্রহ্মপুর থাঙ্গাপাৎ মপাল*
*ইম্ফাল - ৭৯৫০০১, মণিপুর।*

রাহৌদোক : লোংজাম্বা রোমাসিংহ, জেনেরেল থৌবাল তাবা লোংজম/ লুরোংজম (লুওংজম) শাগৈ-ফুরুপ্তা পোকচখিবনি, অপোকপগী মিংলেন্না লুওংজম খাবা অমসুং অপোকপীগী মিংলেন্না মোংবিজম-চনু ললিতা হায়না কৌই। মহাকসিবু অয়াম্বা মতমদা/মফমদা লোংজাম্বা রোমাসিং/ লমা (রমা)সিং মেঞ্জোর (মেজর- Major) হায়না খঙনৈ। মহাক খৃঃ ১৮২৪গী মার্চ-এপ্রিলদা অরাগী মখুত্তগী মণিপুরবু চহী ৭(তরেৎ) খুত্তাকপদগী কন্নবা লীংখৎখিবা 'রাজা গম্ভীরসিংহ লেভী' [মতুংদা 'মণিপুর লেভী' (Manipur Levy) হায়দুনা মমিং হোংখি] দা খোঙমী সিফাই অমা ওইনা মিং চন্দুনা য়াওখি। মহাক্কী লেভীগী সিফাই নম্বর ৩৯ নি। [মহাক নত্তবা অতোম্পা 'রোমাসিং' অমসু সিফোই নম্বর ৪৪৫দা থেংনবিগনি, মদুগী য়ুন্নাক্কা লাইশ্রমনি (চঃম, ১৯৬৯,২৫)]।

লোংজাম্বা রমাসিংহ, মনীঙ মখা তম্বা মৈত্রবাক্কী লান্মীগী জেনেরেল অহুম - মহাক মশামক, সৌরাইজাম্বা বলরাম সিংহ/বোলাই, অমসুং কাংঙবা চিদানন্দ সিংহ/থাঙ্গাল - অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না সিনিয়র ওইরবা লাল্লোই লুচিংবনি। মহাক্কী পারী-পুরীগী ওইনা ফংলিবদিঃ-

পুরাং পুরৈরোম্বা + হাওনিংসং খোমপোম্বী নুবৈসং সাফাবী

হঙ্গেল লোংনা থাবা পুরৈরোম্বা + ঙানুরোন

খুৎসা + ঙানুরোন

সিঙনং + ঙানুরোন

লৌনং + মোইরাংথেম চনু

লুওং + মোইরাংথেম চনু

চৌরা অহোংবা + মোইরাংথেম চনু

খুগা অতোনবা + মোইরাংথেম চনু

মঙাইচাউবা লুওংসু হাইহৈবা + ফৈরোইসু

অহোংবা + ফৈরোইসু

নাওতা + অখোংজমচনু

লমলোই + সিয়াৎপম চনু

পরম + সোয়ামচনু

অরোই + ফৈরোইসু

লোইচা + মোইরাংথেম চনু

ঙাংবা + মোইরাংথেম চনু — লুওং, — মুবা, — সোনবা

লুওং:
১। ব্রাংখৈমনে
২। য়ুমখাইবমনে ওইরে

মুবা: লাংচীং চীংদা তোংবা লোংজম পুকয়ু হৌবম ওইরে

সোনবা: সোইনায়দে

ঙাংবা + মোইরাংথেম চনু

কোংয়াঙ + সিয়াৎপম চনু

অরোই + থৌদামচনু — লোংজম লাইরেল্লাকপম য়ুল্লেম ওইরে

অচৌ + কৌবরেনসংবম চনু (থৌবাল তাবা লুওংজম)

মাইমু + য়ুম্নাম চনু

খনিং + সাৎপমচনু

লমথোক + ওইনামচনু

তেক্কোল + কোনসমচনু

মাইচৌ + খাইদেমচনু

অকোং + যাঙ্গোয়জমচনু

অকোই + খোংবানতাবম চনু → চিক্কোইবা

+ যাম্বেমচনু → লিলাসিং

+ খুন্দ্রাকপমচনু চীক্কোইবী → খাবা

অচৌ + থিঙ্গুজমচনু

কোংযাম্ব + পাওপমচনু

অচৌ

নাংমৈ + রাংবজমচনু

হনু + ইরোমচনু

পাঙল + রাংবজম

অখুল

খাবা + মোংবিজামচনু ললিতা / অমোমচনু যশোদা / অমোমচনু চন্দ্রমলা

ভগসিং উরুংপুরেন

রমাসিং মেঞ্জর

দামোদরসিং

রমাসিং মেঞ্জর

+

১। ক্ষত্রি খানাচাউবমচনু পুণভদ্র → ধর্ম্মবীরসিং

২। মন্দ্রিময়ুম মালেশ্বরি → দামোদরসিং

৩। অশাংবমচনু তুঙ্গবিদ্যা → গলম্বাপসিং

৪। লৌরেম্বমচনু যশোদা → ফৈরাসিং

৫। ইরোমচনু দেবযানি → পার্থসিং, হেরিসিং

৬। অথোকপমচনু যাতিশ্বরি → নানৌ, অমুরাবা, গুলামজাৎ

৭। অরাম্বমচনু পাটেশ্বরি

অসিশিংসিনি। মথক্কি অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা রমাসিং জেনেরেল/মেঞ্জোর (মেজর)গী তাম্লোই ৭ নি অমশুং মখোয়না মচা ইবুংঙো ৯ (মাপল) পোকখি। শাগৈ ফুরুপ চাওনা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ (খৃঃ ১৮৫০- ৮৬)গী সনা হাক্তক ফাওবা পানখি।

রারোল মপুঙ : লোংজাম্বা রমাসিংহ মৈত্রবাক্কী শা-লানগী খোঙথাংশিংদা অচৌবা থৌদাং লৌরকপা অমসুং থৌগাই পুরকপা মীশক অমনি; হায়বদি মহাক্কী অথোইবা সেবক অনি - রাংখৈ মৈরাবা অমসুং পাউনা ব্রজবাসী খৃঃ ১৮৯১ গী মনিপুর নীংতম লান্দা চহীসিদা লানফমদা বীরগতি ফংখি। অদুম ওইদুনমকসু লোংজাম্বা রোমাসিংহবু শা-লানগী অমসুং থাঙ-তাগী মহৈ তম্বীরকপা ওঝা/গুরুগী মশক-মশা নত্রগা মমিং-মথাদি থিজিন-হুমজিনহৌবা অমসুং হংহৌ-খঙজিনহৌবা শোনহৌবদগী ঙসিদি অখঙবা কনাসু লৈত্রে।

লৈপাক থৌগাই, মশাগী থৌদাং : লোংজাম্বা রোমাসিংহনা খৃঃ ১৮২৪ দা লেভীদা মিং চন্দুনা মণিপুর হন্দোক্লবগী অরা তাম্থোক্লবগী খৃঃ ১৮২৫গী মে-জুনগী লানফম শরুক য়াররক্লবসু লৈপাক্কী থৌগায় পীবা অমসুং মশানা মশাগী লৈপাক-থৌদাং য়ারকপসি খৃঃ ১৮২৯ গী খাহী/খাসি লোইচনবগী লানফমসিদা অচৌবা শরুক লৌখিবগী রাফম পী [চঃ মঃ ১৯৬৭/৬/৭/৮-৯]। মতমসিদা মহাক হাওমচা লোইশঙগী হঞ্জবা ওইরি [মথক্কীসিদা, ২১-২২]

খাসি লানসিদা চেঙ-চাক, এডভান্স পার্টি ওইনা পুবা পুখ্রনহঞ্জবা গুন্না থৌদাং য়াখি অমসুং সিলেটতগী চেরাপুঞ্জীদ লৈরিবা বৃটিশ ওফিসারশিং ডেভিড স্কোট (David Scott), কেপ্তেন গ্রান্ট, লেফঃ গোর্ডোন অমসুং লেফঃ পেম্বর্টোন্দা মহারাজনা লান্দা লানঞ্জংনচিংবগী পাউ হঙ্গৎ হন্দা পীকশু চৎলুই [মথক্কীসিদা, ৬-৮-২১-২২, ৩৩-৩৫ অমসুং ৬৬-৬৭] অসুন্না অৱা থৌদাং কয়া লৈপাক্কী ওইবা থৌদা থৌগাই কয়াদা মায়য়োক য়াদুনা থৌ পুরকখি।

মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহনা থুপখ্রবদা মজাইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ (খৃঃ ১৮৩৪-৪৪)না নিংথৌ ওইরবা, সেনাপতি নরসিংহনা খৃঃ ১৮৩৪ গী এপ্রিল-মেদগী যুবরাজ ওইদুনা [চৈঃ কুঃ ১৯৮৯, ২৪৪] রাজা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগী রিজেন্টসু ওইদুনা [ডাঃ এঃ সিঃ ১৯৭০, ৫৫] লৈপাক ঙাকপগী মতমসিদা খৃঃ ১৮৪১দা লোংজাম্বা রোমাসিংহসি পোৎশংবা শঙলেনগী হঞ্জবা ওইরী। [চৈঃ কুঃ ১৯৮৯. ২৫৯]। অদুগা মহাক মৈদিংঙু নরসিংহ (খৃঃ ১৮৪৪-৫০) অমসুং মৈদিংঙু দেবেন্দ্র সিংহ (খৃঃ ১৮৫০ এপ্রিল ১০ - জুলাই ১১) পানবা মতমশিংসিদা মনা মনিল নাইদে। মহাক মতমসিদা কাছারদা লৈরম্বা য়াই হায়না থাজজে। লোংজাম্বা রোমাসিংহনা লৈপাক্কী অরুবা থৌদাং লৌরকখিবসি মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ [খৃঃ ১৮৫০-৮৬]না অনিরক শুবা ওইনা নিংথৌ ওইদুনা পানবগী মতমসিদনি।

মৈদিংঙু চন্দ্রকির্ত্তি সিংহনা খৃঃ ১৮৫৫-৫৭ (ডিসেম্বর-জানুৱারী) দা অকাম হাও [The Chins of Chin Hills of present Myanmar] লান্দাবগী খোঙফমসিদশু পোৎশংবা হঞ্জবা লোংজাম্বা রোমাসিংশু স্না থৌগল ইঞ্জখি। লানফম অসিদা মৈতৈগী অমাঙ-অতা য়ান্না থোকখি [মথক্কীসিদা, ৩৩২ অমসুং ৩৩৩] মী ৩৯ শিরকপগী শোরাৎ মহারাজনা শোনবিখি অমসুং নোংমৈ ২০২ নচিংবা খুৎসু-খুৎলাইশিংসু মাঙহৌখি [মথক্কীসিদা, ৩৩২]। অদুম ওইদুনসু লানফমদুদা অথোইবা থৌদাং লৌখিবশিংবুদি মনা-মথুম পীদনা তোকখিদে, মখোয়গী ৱারোন্দিঃ-

*'. . . . . ককচিং চন্দ্রশ্যামগী কুম শক ১৭৭৮ . . . ৱাকচিং থা . . . ২৪নি নিংথৌকাবদা মহারাজনা . . . মহারাজগী ম্না থৌগল ফংজরকপা চিরোমচা পার্থ, নহারুপ লাকপা; হাওবমচা বিনোদ মেজর ২মাদি থাংবন পীএ॥ লোংজাম্বা লমা পোৎশঙবা হঞ্জবা, লাইতোঞ্জমচা চন্দ্রসিং ২মদি ম্না থৌগল ফংজরকপা পুন্নমক্তি মাগী মাগী মতীক ওকপা য়েংদুনা নিংথৌ ফি, ম্না খুজি, ম্নারিক পীএ* [মথক্কীসিদা, ৩৩২]।

অসিনি। মসিদা ঐখোয়গী অথৌবা রোমাসিংহসু য়াওরিবসিনি। লোংজাম্বা রোমাসিংহনা তৌখিবা অথোইবা লৈপাক থৌদাং অমদি -

খৃঃ ১৮৫৭ ভারত অপূম্বগী ওইবা সিপাই - লালহৌ [Sepoy Mutiny, 1857] না অৱাং-নোংপাক ভারত্তা শন্দোক্লত্তুনা চহিসিগী নবেম্বর থাদা চিট্টাগোংদা লৈবা ৪৩ নেটিভ ইনফেন্ত্রি (Native Infantry) না লানহৌবা য়াওশিনখিদুনা অৱাং থংবা কছার অমসুং সিলেট, নোংপোক বঙ্গ (হৌজিক্কী বঙ্গালদেশ) অনিগী মরক্তা লৈবা লাটুদা লান শোক্লদুনা বৃটিশকী লানফমদু কমাণ্ডর মেজর বীঙ (Major Beeng) হাৎখি। লানফমসি লানহৌবাশিংদুগী লুচিংবা অমসুং তেংবাংবা ওইনা মমিং লৈরবা সনা চহি অহুম (বৃটিশনা নরেন্দ্র কৌবা, জন্মকোঠী মিংনা 'রনজিৎ সিংহ' কৌবা) মহারাজ চৌরজিৎ (খৃঃ ১৮০৩-১৩)গী মচাইকুংঙো না য়াওদুনা লানগী মৈত্রোং পাইরক্লবদা মণিপুরদা মতমদুগী বৃটিশ পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা লৈরম্বা মেজর মেকলোক্লা হায়জমনবা অমসুং হায়জীনবদগী নিংথৌ ফম্বাল মিহৌজরবা/কল্লকচরবা রাজা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা হান্ননা লানহৌখিক্কীদমক্তা মণিপুরগী লমখৈ ঙাকনবা অমসুং লানহৌবশিং মণিপুরদা চঙলকপা থিংনবা অতৈ ফম অমসুং মেঞ্জোর ৪/৫না লুচিংবা মৈতৈ লান্মী মপৈ নিপান তোঙান তোঙান থাম্নবদসু অমুক লোংজাম্বা রোমাসিংহ মেঞ্জোরনা লুচিংবা লান্মী ৪০০ জিরিদা থাখিরম্মী। হায়জরিবা শিংসিগী খুদম-চাংদমদিঃ-

*(১). ......লাইশ্রম বলদেবগী কুম শাক ১৭৭৯...... ৱাকচীং থা... ৯নি ইরাইদা হিন্দুনা ফিরিংগি থুগায়রে, মৈতৈরম লাক্কনি হায়দুনা নোংমৈ ৫রক থাই।*

*নামৈরাকপা মেজ্ঞরনা চিংদুনা সিফাই ৬০০ চৎলে। জিরি য়ৌঞ (মথক্কীসিদা, ৩৩৫) ......... ফাইরেন থা ........ থাশি নোং থাংজদা ইবুংশিজ হাও মচা মেজ্ঞর ময়াংদগী মেন তানবা থুংলৈ* (মথক্কীসিদা, ৩৩৫৪-৩৬)।

*(২). ...... The Political Agent, on hearing of the Chittagong mutiny, asked the Raja to send a body of his troops to the frontier to prevent the mutineers entering his country ; this was at once done and 400 men under two majors despatched. These troop did good service, and captured a number of the mutineers who given up to the British Officials. It is supposed that nearly, if not all the mutineers were killed, captured or perished miserably in the jungles of the Manipur and Kuki hills* (E. W. D., 1981, 47).

অসিশিংসিনি। অকোনবগী রারোলসিদা মলেস মচাশিংনা থাগৎলিবা লান্মী খুৎপুসি লোংজাম্বা রোমাসিং মেজ্ঞরনা পুবা লান্মী তেঙ্গোলদুবুনি।

লাটুগী লানফমদা অনৌবা বৃটিশ লান্মী থোমজিল্লক্তুনা মুটিনীয়ারশিংনা চেম্নরকপদা মৈতৈ নিংথৌমচা সনা চহী অহুন্না পুবা লান্মীশিংদু মণিপুরগী জিরি উমংদা চেনশিল্লকপদা লোংজাম্বা রোমাসিংহনা পুবা মৈতৈসনা কোনুংগী লান্মীশিংসিগা থেংনখি অমসুং মফমদুদা লানফম ওইদুনা অকনবা লান শোক্লখি। রোমাসিংহগী লান্মীনা লানহৌবা খুৎশিংদু মায়থীবা পীদুনা তানখায়খি অমসুং লানফমদা নোংমৈ মরুনা পান্দুনা শোক্লবা নিংথৌমচা সনা চহি অহুমবু ফাবা ঙমখি। লোংজাম্বা রোমাসিংহনা সনা চহি অহুমবু মৈত্রবাক্তা পুরক্তুনা [চৈঃ কুঃ ১৯৮৯, ৩৩৫] মহাক্কী মবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহদা কৎখি। হায়রিবা সিফাই লানহৌগী বৃটিশকী তেংবাংখিবা লানসি লোয়রবা মতুং খৃঃ ১৮৫৯ দা ম্যুটিনী এৱার্ড (Mutiny Award) পীবা হৌদোকখি [বিঃ কেঃ, ১৯৯৮, ১০১] মসিদা মণিপুরগী মীওই ১০ খক য়াওখি অমসুং মখোয়গীশিংদুগী মরমদা পীরল্লিবা রারোন্দিঃ-

*. . . In 1859, at the recomendation of the Political Agent, the Raja was presented with a dress of honour, sword and belt"; at the same time eight of the chief officers received Khillut. These gifts were expressive of approval of conduct of the Raja and his officers during the mutiny. One Major Roma Singh also received the mutiny medal, he has been actually engaged with the munitous sepoys from Chittagong* [E.W.D., 1981, 47]

অসিনি। অদুগা মনা ফংখ্রবা মীওইশিং পুন্নমক্তগী মমিং-মথা অমসুং মখোয়গী লৈপাক যৌদাং-থৌগাইশিংদিঃ-

১) রাজা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ, - *ড্রেস ওফ ওনর, থাংশাং অমসুং পেট্টি-খ্বাংলাক - বৃটিশকীদমক্তা থরাই রাবিবা অমশুং নিংথৌ সিংহাসন সনা চহি অহুম্না মুনবিখিনি মিকাজবা।*

২) লোংজাম্বা রোমাসিংহ, মেজর - *মুটিনি মেডল - জিরি লানফমদা লাণ্ঠেংনবা অমসুং সনা চহি অহুম ফাবা।*

৩) চীঙঙাখম্বা পুখ্রম্বা - *খিল্লুট - ম্যুটিনায়ারশিং চঙদনবা লান ঙাকপা।*

৪) চীঙঙাখম্বা দেৱান - *-do- - -do-*

৫) নেপ্রা সেল্লুংবা *খিল্লুট - ম্যুটিনায়ারশিং চঙদনবা লান ঙাকপা।*

৬) শৌগাইজাম্বা সেল্লুংবা -do- - -do-

৭) নন্দবাবু লাইরিকয়েংবা হঞ্জবা -do- - -do-

৮) নামৈরাকপা মেঞ্জর -do- - -do-

৯) ইবুং শীজা হাউজৌ মচা, মেঞ্জর -do- - -do-

১০) গোকুল ঠাকুর -do- - -do-

বিঃ কেঃ ১৯৯৮, ১০৩-০৫

অসিশিংসিনি। মখোয়সিদা মৈতৈ নিংথৌগী মথংদা খ্বাইদগী হেনবা অৱাংবা থাক্কী মনা ফংলিবসি ঐখোয়গী অথৌবা লোংজাম্বা রোমাসিংহ মেজর/জেনেরেল অসিনি।

মৈত্রবাক্কী শেল-থুমগী ফিবম ফগৎহন্নবগী মতমদুদা থৌনা ফবগী শেন্দান লম্বী অমা ওইরিবা, লম (লমলক্কী) শামু ফাবগী থৌরাংসিংদগু লোংজাম্বা রোমা সিংহ শরুক য়ারকই, থৌদাং লৌরকই, মসিগী খুদমদিঃ-

*(১) . . . য়ুন্নাম চাওবগী কুম শক ১৭৮০ . . . শাজিবু থা (ওল্লকপা কুমগী) ৪নি শগোলসেন [Corresponds to Thursday in the 3rd week of April, 1859 A.D.] দা লোংজাম্বা পোৎশংবা হঞ্জবা লোমানা জিরিদগী শামু ফারুবা ৫দি শিএ। ৪৮দি ময়াংদা য়োল্লমএ। শামু য়াপনবা ১নচিংবা শামু ৭ থুংলৈএ* [চৈঃ কুঃ ১৯৮৯, ৩৩৯]।

*(২) . . . থিঙ্গুজাম্বা চক্রপানীগী কুম শক ১৭৮১শাজিবু থা (ওল্লকপা কুমগী) . . . . ১৮নি লংমাইজিঙদা লোংজমচা লমা মেঙ্গোরনা ময়াংদগী শামু ফারুবা শামু ৬ থুংলৈএ। খাগোকপা ১ য়াওরকএ।* [মথক্কীসিদা. ৩৪২]।

অসিনচিংবা অসিনি। অসিদসু নত্তনা মহাক মৈত্রবাক্কী ওইবা ৱাফম/ৱারমশিংদা শোকপা থৌরম-ৱারম লাকপদা মায়পুননা মায়রোং লেম্পা মীশক অমগুনি। মরম অসিনা মহাক খৃঃ ১৮৬২ ডিসেম্বর থাদা বৃটিশ ওফিসারশিংগা নীংঙাই তৌনবগী শেংদোক্লনবা কাছারদা চৎখিরম্মী অমসুং ৱাফম ফিগৈ শেংনা ঙাংনখি। [মথক্কীসিদা, ৩৫১]।

## খোঙথাং খুদিং খুদোংথীবনা লুমদুনা লৈঃ

মীওইকগী চৈ কারকপগী চিংথনবা খোঙথাং খুদিংমকপু খুদোংথীবনা লুমদুনা লৈ অমসুং শোয়রকপা তাঞ্জাদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা ঈকাইবা নংহল্লি। লোংজাম্বা রোমা সিংহসু খোংফম অমা শোয়খিবদগী খৃঃ ১৮৬৫ কী মে-জুন্দা লানহৌবা, নিংথৌ শেমগে তৌই, হায়কগী মরান্দা বন্দি থল্লম্বা মৈতৈ

নিংথৌমচা নদিয়াচান্দ [চৌরজিৎ মহারাজগী মচাইবুংঙো] কৈস্তমশঙ/কন্দীদগী থাদোকখি হায়বগী মরান্দা মমিংতগী ওইরবসু কুম্বীদা লোই থাবগী চৈরাক ফংখি [মথক্কীসিদা, ৩৫৯] সনাবু/মুক্তাবু লুখাককোমদা হুম্বরবসু অদুম্মক মীওইবনা খুম্নে, লৌখৎনৈ। অদুনা রোমাসিংহসু অদুম্মক লোইদগী লৌখৎখি অদুবু ইকাইবগী থাঙহক অমখক্তুংদি রোমাসিংহগী পুন্সিদা থম্বীরম্মী।

শামু ময়ানা থিন্দোক্লক্লবদা মঙ্গে থেঙ্গুনা য়ৈশিনবা য়াদে/ঙমদেঃ

লোই থারুরবা লোংজাম্বা রোমাসিংহ লোইদগী ইকুই কুইদনা লৌখত্তুনা লৈপাক থৌগাই পীখি অমসুং লৈঙাক্লোনগী থৌদাং শীন্নখি হায়বসি মখাগীসিনা সাক্ষী-প্রমাণ ওইরিঃ-

*.... সোইবম বলসিংগী কুম শক ১৭৮৯ ... ফাইরেন থা ... ৬নি শগোলশেন [খৃঃ ১৮৬৮ গী জানুরারি ২০ ]দা কাংঙবমচা মেঞ্জর লোংজাম্বা মেঞ্জর ২মা অরাংলমদা তঙান নাবা চৎএ ... ২৯ নি থাঙজদা লোংজমচা মেঙ্গোর, কাংঙবমচা মেঞ্জর ২মনা চিংনা সিফাই ১০০০, খোংবোই ১০০০, মীচোই ৮০০ অসি লোইননা তঙান থুগাইরুবা থুংলৈ, লান ১০ ফারকএ। রাংখৈমচা ১ থানাগী নোংমৈনা পান্দুনা শিএ, খোংরাই ২ শিরৌএ* [মথক্কীসিদা, ৩৭০]।

মায়পাক মায়জৌবা কয়া লাক্লবসিদগীদি লোংজাম্বা রোমাসিংহ মেঙ্গোর শকাব্দ ১৭৯০গী লাংবন থা ২৭নি লংমাইজিংদা কাংঙবা মেঙ্গোরগা হিয়াঙ তেংমায় লেপ্তুনা হিদান্নখি, মহারাজ লেঙথোক্তুনা স্নামিৎয়েং তাবিখি অমসুং পোলিটিকেল এজেন্ট আরঃ ব্রাউওনা ফোটো নমখি [মথক্কীসিদা, ৩৭৩]। খোংজাইগা মচৎ-মনাৎ মান্নবা লুসৈ/লুসাইশিংগী লানহৌ (খৃঃ ১৮৬৯ গী জানুঃ২৪ - খৃঃ ১৮৭২ জানুঃ ২০)দসু অচৌবা শরুক য়াখি। মহাক্লা মৈত্রবাক্তগী খ্বাইদগী ইহান হাননা থাবা লান্মী ২০০ গী লুচিং-লাঞ্জিংবা ওইনা চহিসিগী থাসিগী ৩১ দা ইম্ফাল থাদোকখি [মথক্কীসিদা, ৩৭৫]। অদুগা এপ্রিলগী অহুমসুবা চয়োন্দা হৌজিক্কী তমেংলোংগী কম্বীরোন খুনবু লুসাইশিংনা পায়শিনখিবদু হন্দোক্তুনা লুসাই লান্মী থুগায়রুক্লা হল্লকখি [মথক্কীসিদা, ৩৭৭]। মহাক খৃঃ ১৮৭০ দা বৃটিশকা মৈতৈগা মখোয়-মখোয়গী লমগী ঙমখৈ থিদোক্লবা লম য়েন্নবা চৎপসু চীঙঙাখম্বা খাবম লাকপা [মিমি] অমসুং বামোন গোকুল থুমজাউ পুরেনগা লোইননা সিফাই

৫০ পুদুনা চৎখি [মথক্কীসিদা ৩৮৩]। মহাক খৃঃ ১৮৭২গী জানুৱারি থাদা গম্ভীরসিংহ মহারাজগী খোঙ্গুল কোহিমাদা নুঙদা হক্কুনা য়ুংলম্বদু খুরুম্বা চৎখি [মথক্কিসিদা, ৪০৬] অমসুং চহিসিদগু বৃটিশকা মৈতৈগা অৱাংলোমগী লম য়েন্নবা লমখৈ য়াৎনবসু চৎখি [মথক্কীসি, ৪০৭]। মতমসিদা মহাক তোপ মেজোর (Artilery Major) গী ফম পায়রি অমসুং মহাক্না ফমসি খৃঃ ১৮৭২দগী পায়রকপনি [মথক্কীসিদা, ৩৮৯]।

লেপ্তনা লৈপাক্কী থৌ পুরকপসিনা লোংজাম্বা রোমাসিংহ মেজোরসি পুখ্রনবগী ফমথোন ফাওবা ফংখি, মদুগী খুদম চাংদমদিঃ-

*... থোকচাও চাওথোইগী কুম্ন শক ১৮০৩.. থরান থা ৬নি শগোলশেন [খৃঃ ১৮৮১গী আগষ্ট ১]... লোংজমচা মেজোরবু পুখ্রনবা থিন্দোকএ* [মথক্কীসিদা, ৪৫৩]।

অসিনি। অসুন্না পোখাবা লৈতনা লৈপাক্কী থৌদাং পুরক্লিবা মীশক অসি মথক্কী ৱাফমসিগী মখা তানা চৈথারোল কুম্বাবদা পনখিদ্রে।

জেনেরেল ফমথোন খৃঃ ১৮৮৪ দা ফংবাঃ

লোংজাম্বা রোমাসিংহনা অহল অমা ওইনা লৈপাক্কী অরুবা থৌদাং পুরকপা মতমসিদা মহাক মশাগা থানা লৈপাক্কী মরু ওইবা অথন্নবা থৌদাংশিং পুবা মেজোর অহুম লৈরম্মী, অতৈ অনিদুদি শৌগাইজাম্বা বোলাই/বলরাম সিংহ অমসুং কাংঙবা চিদানন্দ/থাঙ্গালনি, হায়বসি মথক্তসু পঙ্গখ্রে। মখোয় অহুমসিনা জেনেরেল ফমথোন ফংবগী লমদাংসি পল্লমদ্রবদি মখোয়গী পুন্সিগী ৱারোলশিংদা মপুং ফাদবা ওইগনি খঙ্জদুনা থমজরি।

*One day the two ministers Thangal Major and Bularam Singh came to see me, accompanied by old Rooma Singh Major. They looked rather uneasy, and I suspected something was coming out. Presently Thangal rose and saluted me, and said, "The Maharajah has promoted us to be generals". I received the intelligence without any*

*enthuisiasm, feeling assured that the act has been dictated by a desire to them a more high sounding title than my military one, I being then only a Lieut. colonel . . . I coldly replied that of course the Maharajah would please himself but that I loved old things, old names and old faces, and that I had so many pleasant associations with the old titles that I could not bring myself to use the new ones, and should continue to call them by the dear old names of Major. I then shook hands with them most cordially and said good bye, and they left rather crestfallen, where they had hoped and intended to be triumphant, I may as well tell the remainder of the story. Time after time was I begged to address my three friends as "Generals", but I was inexorable, and the titles almost fell into disuse among in Manipuris who had at first adopted them. Old Thangal once had a long talk about it, and I said plainly. "I give nothing for nothing, some day when you do something I shall address you as General" Years passed, I went on leave and my locum tenens too good-naturally gave in, and addressed them as General and even induced the Chief Commissioner of the day to do likewise . . . . . I returned to Manipur, and one of the ministers met me on the boundary river. I again greeted him as "Major Sahib" and immediately the new title again began to fall into disuse . . .*

*Sometime after this I again renewed efforts that I had long been making for the establishment of an English school in Manipur. The Durbar naturally objected, . . . I felt, however that the time was come, and I urged the question*

*with great force, one day I said to the ministers, "You have long wanted to be addressed as "General" and I told you that when you did something worthy of it I should do so Now the day that the Maharajah gave his consent to an English school being established I shall address you as General". A few days afterwards the Maharajah's consent was brought. I immediately stood up and shook hands most warmly with them saying "I thank you cordially Generals". From that day the question was finally set at rest. . .*
[S.J.J., 1896/1991, 143-44]

অসিনি। অসুন্না বৃটিশকী মপুক লুরবা জোনষ্টোন সাহেব ফাওবা মশানা য়াহনবা ফাওবা ঙম্না জেনেরেল ফমখোল অমসুং মিংখোল অসি অহুম অসিনা লৌখিবনি অমসুং ফংখ্রবনি।

রারোইশিনঃ

মৈতৈ লৈপাক মণিপুরগী লৈঙাক-খুনঙাক্রোন থৌগাই কয়াগী থৌদাং চিংখদনা লৌরম্লগা হৌখিবা মতমগী ঈপাক্তা তিনখ্রবা মৈতৈলৈমগী অথৌবা মপারী লোংজাম্বা রোমাসিংহ, জেনেরেল/মেঞ্জোরনি। মহাক্কী তৌফম থোকপা মথৌ, কৎফম থোকপা মতীক-মপাঙ্গল অমসুং পীফম থোকপা হুম্মাংমন পুন্নমক কৎলম-পীরম্লগা মৈতৈলৈমগী হকচাংগী শরুক ওইরিবা মোংফম নুংদা খৃঃ ১৮৮৬ তগী ১৮৮৮ ফাওবগী মনুংদা পোখাখ্রে। অদুবু লাইবক থীবদি মমান্নবা অতৈগীদি চৈথারোল কুম্বাবদা লৈখিদবগী মতম চনখৎলগা মহাক্কীদি চনখৎপীরমদে। মরম অসিনা মহাক চাওরাক্লা চহী ৮০ [মরিফু] রোম পুন্সিরম্মী হায়বসিদগী হায়জবা ঙমজদ্রে।

মৈত্রবাক্কী শা-লান অমসুং থাঙ-তাগী মহৈ-মশিংদা মহাক্কী মতমগী মমান্নবশিংদগী হেনবা হিরমসিগী চাংয়েংনবগী অখন্নবা রাফম লাকপদা মহাক্কী

লৈফম ময়ুম-ইংখোল [হৌজিক্কী লোংজম লৈরক, কৈশামথোং, ইম্ফাল] দা পাংথোক্লরম্মী। অসিগুম্বা অচঙবা মী অমবু হিংদবগুম থমবসি তাইবং মপুনা থৌজালবীরক্তনা মৈতৈ খুন্নাইসিদা অনৌবা মিল্লেনিয়ম (Millennium) গী চহি পরেং হৌগৎলকপসিদা মহাক্কী রাফমসিসু য়াকাইরক্লে, তাইবং মপুনা মহাকপু শান্তি পীবিদুনা মৈতৈলৈমগী মথানুংদা তুমখুন তাঞ্জসনু।

## খোঙ্গুল তাকপীখিবশিংঃ


(১) চঃ মঃ, ১৯৬৯ চন্দ্রসিংহ মোইরাংথেমচাঃ *খাহি ঙম্বা* (ইম্ফাল, ১৯৬৯)।

(২) ডাঃ এঃ বিঃ, ১৯৭০ ডাঃ লৈশাংথেম চন্দ্রমনি সিংহঃ *মণিপুর ইতিহাস* (ইম্ফাল-১৯৭০)

(৩) চৈঃ কুঃ ১৯৮৯ লাইঃ ইবুংঙোহল ১সুং নিংঃ খেলচন্দ্র সিংহঃ *চৈথারোল কুম্বাবা* (ইম্ফাল -১৯৮৯)।

(৪) বিঃ কেঃ ১৯৯৮ ঃ বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মাঃ *সনা চহি অহম* (ইম্ফাল, ১৯৯৮)

(১) সঃ অঃ লঃ, খঃ স্নাথোই পীবা ১সুং অরুন লোংজমচাশিংঃ খুৎয়ি

1. N.K.S., 1983 - N. Khelchandra Singh : *The Battle of Khangjom* (Imphal - 1983).
2. E.W.D., 1981 - E.W. Dun : *Gazatter of Manipur* (Delhi-1981)
3. S.J.J. : 1990 - Sir James Johnostone : *Manipur And The Naga Hills* (Delhi - 1990).


- - - - - - - - -

# মৈতৈগী অথৌবা লোংজাম্বদা বৃটিশকী খুদোল

অইবাঃ-

প্রোফঃ ডাঃ কেঃ ভৈগ্যচন্দ্র সিংহ

*এমঃ এঃ, এলঃ এলঃ বিঃ,*

*এমঃ ফিলঃ অমশুং পিঃ ঐচঃ ডিঃ*

*স্তেট এন্ড নেস্নেল এরার্ডি*

রাহৌদোকঃ

ঙসি মণিপুর কৌনরিবা লৈপাকশী লৈশেমঙৈদগী হৌনা নিংথৌ পানবা খুৎকন পাঙ্গলবা মশাগী লাইনিংলোন, শেনমিৎলোন, ময়েক, মরোল অমদি নীংতম্বগী ফীরাল লৈজরকই। নিংথৌগী লৈঙাকলোন লৈরকপগী মতৌশিং খ্বাইদগী মরু ওইবা মতৌ য়েংলগা চাউরাক্লা লৈশেমদ্রিঙৈগী মতমদগীনা লৈশেল্লবা মতুং হায়বদি চক্কী মমাং, চক্কী মতম, চক্কী মতুং, খৃষ্টকী মমাং অমশুং খৃষ্টকী মতুং হায়না য়েংবা য়াই। চক্কী মমাংদগী হৌনা মচিন-মচিন্দা পানখিবা লৈঙাকপশিংদি - 'ক' হংকোদা অতিংকোক মরু সিদবা, 'থোই' হংকোদা কোঞ্জিরেল পাখংবা 'তয়ো হংকো' দা কোরৌ হনবা 'পোই' হংকোদা কৌবরেলনা পানখী। মতমশি কোরৌ নোংমদোল থক্তা পানবনি হায়না লৌনৈ। চক্কী মতমদা মচিন-মচিন্দা পানখিবশিংনা 'হয়িচক্তা' লৈনুংলোঞ্জা পাখংবা, 'হয়া' চক্তা লোলাং পাখংবা, 'লাংবা' চক্তা তাংজা লিনহা পাখংবা অমশুং 'খুনুং' চক্তা মৈদিংঙু শাপাইবনা পানখী। চক্কী মতমদগী হৌনা লোইবী কৌক্রুচীংদা কোনুং শেম্বা হৌরকখি হায়না লৌনৈ।

চক্কী মতুং খৃষ্টকী মমাংদা হায়রগা চাউরাক্লা চহি ১৯৬০-১৫০০ ফাউবদগী কাংবনা পানবা হৌখি। খৃষ্টকী মতুংদা ৩৩শুবা চহীদগী মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবনা খৃঃ ১৫৪ ফাউবা পানখী। মতুংদা মখাতানা অনিশুবা লাঞ্জাউ লোইবা ফাউবদা বোধচন্দ্রনা পানখী। অসিগুম্বা তাঙ্ককশিং অসিদগী হৌনা লৈবাক্কী থৌনা লিংজেল লৈবা অথৌবা অথৌবী কয়াশু নিংথৌগা শাগোম্নমা লৈঙাকমীন্নরকই। ময়ামসিগী মরক্তা মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ স্না হাকতক খৃঃ ১৮২৫-১৮৩৪ দগী হৌনা মচাইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তিগী হাকতক ১৮৮৬ ফাউবদা থোইদোক্লা শিংথাবা য়াবা অথৌবদী লোংজম রোমাসিংহনি। মহাকপু লোংজাম্বা অথৌবা হায়রগশু খংনৈ। মহাকপু মৈত্রবাক্কী মীয়াম্না খংনবতা নত্তনা বৃটিশনা খঙখিবগী মতৌ খরদং ব্বারেং মচাসিদা থন্নী।

মৈত্রবাকপু থংনবা লৈবাকশীংনা ইকাইখুন্নরম্বাঃ

নিংথৌরোল কয়াগী মতমদগী হৌনা মশাগী মতিক মথৌনা লৈবা হৈশীংবা লাল্লোং অমদি লৈঙাকলোনশিংদা থোইদোক্লা থব্রাই য়াউনরকই। খৃষ্টকী মতুং ৩৩শুবা চহীদগী মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবগী স্না হাক্তক্তগী য়ান্নমক তঙাইফদনা নুপা পুন্নমকপু লান্মী য়াউহন্দুনা লাল্লুপ লিংবা হৌরকখি। মৈত্রবাক্কী লান্মীশিংগী মতেংনা মরৈবাক ঙাকশেনবা অমদি পাকচাউনা শন্দোক্তুনা লৈরকই। লোইননা মৈতৈশিংগী শরিৎ শরাৎ অমদি অতৈ হীরম কয়া তমখীবা খঙখীবশু লৈখী। খুদম ওইনা মৈদিংঙু নাউথিংখোঙগী মতম খৃঃ ৬৬৩-৭৬৩ দা পোঙগী নিংথৌ সুকনফনা মনাও ইবুংঙো শমলুংবু মণিপুরদা থারক্তুনা চহি ১০ চুপ্পা লৈখি। মহাক্লা লৈরিঙৈদা মৈতৈবু ইকাইখুন্নবগা লোইননা মৈত্রবাক্তগী শিল্লম শিগ্না কয়া তমখী হায়না ব্বাহেংবম ইবোহলগী 'হিস্তরি ওফ মণিপুর' দা শেংনা পল্লি। শম্লুংনা লোইনরকপা মীওইশিংনা লৈরম্বা মফম্বু পোং ইংখোল হায়না খংনখি।

খৃঃ ১৪৬৭-১৫০৮ ফাউবদা পানখিবা মৈদিংঙু ক্যাম্বানা ক্যাংদা লান্দাদুনা লম শন্দোকপা অমদী পোঙগী নিংথৌগা মরুপ শান্নখিবা লৈরম্মী।

থৌদোকশী খৃঃ ১৪৭০ দা ক্যাং লান লোইরবা মতুংদা পোঙগী নিংথৌ চেকফা খেকখোম্বনা নিংথী (চীন্দুইন) তুরেল মথক্তা চেকশিন্না শেন্নবা ফম্বাক মথক্তা স্না লুপানা লৈতেং শেন্নগা মরুপ মপাং ওইবগী ইকাইখুন্নবা উৎলকখিবা অমদি খুদোলপোৎ পীরকখিবা লৈখি। থৌদোকশী মালেমগী পুরারীদা অতাংবনি হায়বা য়াই। মতুংদশু লেপ্তনা মরুপ ওইনখিবা অমদী খুদোল তন্নবা লেপখীদে। অদুবু মৈদীংঙু চরাইরোম্বগী হাক্তক খৃঃ ১৬৯৮-১৭০৯ দা মৈতৈ নিঙোল চকপা মখাউঙম্বীগী মশুংলাংদগী নোংপোকলোমগা য়েংথীনরকপা লৈরকখী।

খৃঃ ১৫৬২-১৫৯৬ ফাউবদা পানখিবা মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী স্না হাক্তক্তাগী খাগী-গী (চীনা) নিংথৌ পীয়াঙ্গুগা নক্করকখীবা লৈখী। পীয়াঙ্গুনা মাগী লৈবাক্তা লাকঙম ফাঙমদ্রবা শারমচৎ চৎপা মায়দনা কৌবা অমবু লাকশীন্নবা হোৎনবদা মুংয়াম্বাদগী মতেং লৌরকখি। মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা ইবুধৌ পাখংবা খুরুমজরগা ফংখীবা থাং থৌবোম্বা অমশুং তা খাংশুনহাগী মতেংনা মায়দনাবু হাৎখিবদগী খাগী-গী মীয়ান্না পেঞ্জখি। পীয়াঙ্গুনা ঙমখৈ লৈতনা হরাউখীবদগী তুংদশু কাউনদনবা হায়দুনা খাগী-গী চীংলাই (নোংশা হায়রপ মানবা) অনি শারগা স্না কোনুংগী মেন স্নাথোঙগী য়েৎ ওই অনিদা মমাই ওনশিন্নরগা থমদুনা খুদোলপোৎ ওইনা কৎখি। স্নাথোঙগী মখোঙ অনিদা লৈ পাম্বী অমমশু থাখি। মমৈথংদা মৈতৈশীংনা শাদুবু 'কংলাশা' লৈদুবু 'খাগী লৈহাউ' হায়না খংনরম্মী। মতুংদশু লেপ্তনা মরী লৈনখি লোইননা য়েংথীনরকপা মতমদা মৈতৈনা খাগীবু মাইথিবা পীবশু লৈখি।

## নোংচুপলোমগী জাতিশীংনা মৈতৈবু ইকাইখুন্নবাঃ

নোংচুপলোমগী থৌনা লিংজেল লৈরবা লোইলম শন্দোকপা হকলেংদ্রবা জাতিশীংনা মণিপুরগী নোংচুপথংবা ভারতকী গৌরাদা খৃঃ ১৫১০ দা য়ৌরকখি। খ্বাইদগী হান্না পোর্টুগীজশীংনা য়ৌরকখীবদগী মখাতানা খৃঃ ১৫১৭তা মালসেটী, খৃঃ ১৫৩৪দা বাশ্যল, হুগ্লী অমদী চীটাগোংদা লৈতা খুন্দারকখি। মথংদা বৃটিশশীংনা খৃঃ ১৫৯৯-১৬০০, ডষ্টশীংনা খৃঃ ১৬০২, ডেনিসশিংনা খৃঃ ১৬১৬ অমশুং খৃঃ ১৬৬৪দা ফ্রেঞ্চশিং য়ৌরকখি। মখোয়না লুচিংবা অমশুং মাংজিল থাবা মীৎকুপ খুদিংগী তান্নারকপনা ভারতপুম্না লৌশিন্নরকখি।

খৃঃ ১৭৫৭কী পালাসিগী লান্দা বৃটিশনা ফ্রান্সপু মাইথিবা পীখি। মতুংদা বৃটিশনা লোইলম শন্দোকপা লেপখিদ্রে। মখোয়না লোইলম শন্দোরকপদা মণিপুরদি পাক য়ৌরকখিদে। মখোয়না মণিপুর য়ৌরক্তিঙৈদা খৃঃ ১৭৫২দা মৈদিংঙু চীৎশাইনা ত্রিপুরাগী নিংথৌগী মতেং লৌরগা শকখংননবা অমদী মঙোন্দা তেংবাংনবা হোৎনরুই। অনিশুবদা খৃঃ ১৭৬২দা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা হরিদাস গোসাইদা অইবা চেরোলগা লোইননা থাদুনা বৃটিশকী মীহুত হরি ভলেটকা উনখি। অহুমশুবদা খৃঃ ১৮১৩দা মৈদিংঙু চৌরজিৎনা মখুরা ভদ্রসিংহবু থাদুনা শকখংননবা অমদী লানগী তেংবাং লৌনবা হোৎনরুই অদুবু খুদিংমক মাইপাকপদি ঙমখিদে।

খৃঃ ১৮২৪-১৮২৬তা বৃটিশ অমশুং বর্মাগী অহানবা লান (অঙ্গলো বর্মীজ রার) শোক্লরকখী। মতমসিদা মণিপুরদশু চহি তরেৎ খুন্তাকপা মায়োক্লবা মতম্নী। লোইননা বৃটিশনা বর্মাবু মাইথিবা পীনবা হোৎনবদা ফ্রেঞ্চনা মতেং পাংখিবদগী অরাবা মায়োক্লখি। তাঞ্জাসিদা মৈতৈনিংথৌমচাশিং চৌরজিৎ মারজিৎ অমশুং গম্ভীরসিংহনা কাছারগী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রাবু মাইথিবা পীরগা মচিন মনাউ অহুম্না লম য়েন্নরগা কাছার পুম্বগী মপু ওইখি। বৃটিশকী অঙম্বশিংনা মৈতৈনিংথৌমচাশিংগা য়ানবা পুরক্লুনা অমত্তা ওইরগা বর্মাগী মায়োক্তা লৈমিন্নখি। লান্দা বর্মানা মাইথীরবদা বৃটিশ বর্মা অমশুং মণিপুরগী অপুনবা সন্ধি তৌনদুনা মণিপুর মনিংতম্বা লৈবাক্লি হায়না শকখঙনখি।

থৌদোকশি মালেমগী পুরারীদা ময়েক লারবা থৌদোক্লী। লোইননা মণিপুরগা বৃটিশকা নকুবা মরী মখাতানা থমলকখিবনা খৃঃ ১৮৩৫দগী মখোয়গী পোলিটিকেল এজেন্ট ইম্ফালদা থম্বা হৌরকখি।

## বৃটিশতা মৈতৈগী তেংবাংঃ

অহানবা ওইনা খৃঃ ১৮২৪-১৮২৬ কী অঙ্গলো বর্মীজ রারদা মৈতৈনা বৃটিশকা তেংবাংনদুনা মখোয়গী অমশুং মণিপুরগী তংতাবা লৈঙাকলোন হনজীনবা ঙমখী। অনিশুবদা খৃঃ ১৮৫৭ তা থোকলকপা ভারতকী অহানবা

নিংতমলান 'সিপাহী লানহৌ' দা মৈতৈদগী বৃটিশনা তেংবাং নিরকখী। মতমসিদা চন্দ্রকীর্তিনা মৈতৈ লান্মী চামরী থাদুনা তেংবাংবিখি। মথংদা খৃঃ ১৮৭৭তা কোহিমাগী অঙ্গামী নাগাশিংনা বৃটিশকী মথক্তা লান হৌরকখী। তাঙ্গাশিদস্ত মৈতৈদগী বৃটিশনা তেংবাংবিনবা হায়রকপদগী মৈতৈনা তেংবাংখী। খৃঃ ১৮৭৯দা চাছাৎকী চীংমীশিংনা বৃটিশকা য়েংথীনরকখী। থৌদোকশিদস্ত বৃটিশনা মৈতৈদগী তেংবাং নিরকপদগী মৈতৈ লান্মীশিংনা তেংবাংখি। লোইননা খৃঃ ১৮৮৫দা বর্মা অমস্তং বৃটিশকী মথক্তা লান থোরকপদা অমুক হন্না তেংবাং নিরকপদগী মৈতৈশীংনা চীংনবা লৈতনা তেংবাংবীদুনা বৃটিশপু মায়পাকপা ঙম্নবা হোৎনবিখী।

## মৈত্রবাক্তা লোংজম শাগৈ হৌরকখিবাঃ

মৈহৌরোলদগী হৌনা মৈত্রবাকমচাশিংনা মশা-মশাগী য়েক শল্লাই লৈরকই হায়না লৌনৈ, য়েক্তগী শাগৈ য়ুন্নাক নাইনা মাগী মাগী শিনফম অমস্তং তৌথোরকপা থবক্কী মতুংইন্না নাইনরকখি। লোংজম শাগৈশী অঙোম য়েক্কী মৈদিংঙু খোংতেকচা স্না হাকতক খৃঃ ৭৬৩-৭৮৪দা মাগী অথৌবা ৬৪গা লোইননা নিংথৌনা নোংমা শাতানবা চৎপদা খুদোংথীবা থৌদোক অমা থোকখী। মতৌদি অথৌবশিং পুন্নমক ঈশিংদা ঈরাক্লবগী অরাবা মায়োক্লখি। ময়ামদুগী মরক্তা লোং পায়দুনা লৈরম্বা অথৌবা অমা অরাবদগী নাম্থোকখি। মহাকপু লোং পায়রম্বা অথৌবনি হায়বগীদমক নিংথৌনা লোংজম কৌবা য়ুন্নাক পীখি। মতুংদা মাগী চারোল শুরোলশিংস্ত লোংজম হায়না খংনরকখি।

## মৈতৈগী অথৌবা লোংজাম্বাঃ

নিংথৌরোল কয়াগী মতমদগী অকল অথৌশিং লৈরকপস্তন্না মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ স্না হাকতক্তগী হৌনা অথৌবশিংগী মরক্তা শিংথানরক্লবা অথৌবা লোংজাম্বনি। মহাক ইম্ফাল সহরদগী খা-নোংপাকলোমদা চাউরাক্লা কিঃ মিঃ ১৫।১৬ মুক চৎলগা লৈবা থৌবাল কিয়াম শিফাইদা পোকখী। অপোকপগী

মীংনা খাবা অমশুং অপোকপীগী মীংনা ললিতা হায়না কোলোইনবা অনিগী মপারিনী। অপোকপা খাবা অঙোম য়েক্কী য়ুম্নাক-না লোংজমনি। মহাক্কী অশেংবা মীংদি রোমা সিংহ হায়না কৌই। লৈবাক্কী অথৌবা ওইরবা মতুংদা স্না কোনুংগী অঙম-অথৌশিংনা লোংজম্বা অথৌবা হায়না কৌনখি। মৈত্রবাক্কী লাল্লুপ্তা রোমাশু য়াউরকখিবনা লৈশেমঙেদগী লাইনিংথৌনা তম্বীরকপা শিম্বা লাল্লোং থাং-তা শরিৎ-শরাৎ পুন্নমক মরিকচুন্না খংনবা হোৎনরকপা মীশক্কী। মহাক্না মৈত্রবাক্কী স্না কোনুংগী অমদি কৈরোল লৈকাইশীংদা লৈরিবা অহল-লমনশিংদগী মহৈ-মশিং কয়া তমজহৌই। মহাক মৈতৈগী হৌনা লোনচৎ থৌগল্লোন মুম্না খঙবা মরৈবাক মরমদম্বু নিংজবা মৈতৈমচা খুদিংমকপু থৌনা লিংজেল লৈহনবা পামখী।

থৌবালদগী হোংগৎলকপা ইম্ফালগী কৈশামথোং লোংজম লৈরক্তা লৈখিবদগী পুন্সি পন্দোম লোম্বা ফাউবা লৈখিবনা মহাক্কী চারোল শুরোলশিং কয়ানা চাদা নাউদারক্তুনা ঙসি ফাউবা লৈরী। কৈশামথোংদা লৈরবা মতুংদা লৈকাইদা লৈবা নহারোল কয়াবু অমত্তা ওইনা শেমগৎ-শাগৎতুনা মৈত্রবাক্কী শিন্দমপুম্বা অরামল পীবা পীদবা খায়দনা অহিং নুংথিল নাইদনা তম্বীখি। মহাক্না তম্বীখিবা পাররানশিং অয়াম্বা স্না কোনুংগী শক্লাইরবা লান্মী ওইনরকখি।

## লাইরবশিংদা রোমাগী তেংবাংঃ

রোমাসিং থোইদোক্না পুকচেল শেংবা থম্মোইচাউবা লুচীংবনি। মহাক্না ময়ুম ইংখোল লৈজদবশিংদা লম পীদুনা ময়ুম মকৈ শারগা তংদু লৈতানা লৈহনখিবা কয়া য়াউখী। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিংবু লুনা চান্না তৌবিবা অমশুং মখোয়দশু মৈত্রবাক্কী হৌনা লোনচৎ কয়া মরীকচুন্না তাকপী তম্বীদুনা হেন্না নুংশি চান্নবা পুরক্কবা হোৎনখি হায়না হাউদিংজাম্বা চৈতৈন্য সিংহগী 'খাহি-ঙম্বা' ১৯০০, ইম্ফাল, কৌবা লাইরিক্তা শেংনা পল্লি। লোংজাম্বা লাইনিংথৌগী থৌনা লিংজেল পকপা অশেংবা মৈত্রবাক মচা ওইবগী গুণ চেনবা অথৌবনি হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোক্লরোই।

## লোংজাম্বনা বৃটিশকা লোয়নরকপাঃ

অঙ্গলো বর্মীজ রার অমদী মণিপুরগী চহি তরেৎ খুন্তাকপদা ফ্রেনসকী খুৎলাইগা লোইননা বর্মানা মণিপুর অমশুং আসামগী মফম খরদা লৈরিবসি তাম্লোকপা ঙম্নবা হোৎনবদা বৃটিশকা লৌতুনরবা মতুংদা মৈতৈ নিংথৌ গম্ভীরসিংহনা মৈতৈ লান্মী ৫০০ (চামঙা) নৌনা শেমখী। মশীবু বৃটিশনা মণিপুর লেভী হায়না খঙনখী, অদুগা বদনপুরদা থাদুনা হান্না খঙলবা হুইয়েন লাল্লোংগী মথক্তা নৌনা বৃটিশকী খুৎলাই শিজিন্নবা তমখী। খুৎলাই তম্বশিদা রোমা সিংহশু য়াউখী। লাল্লোংশীদা মৈতৈ লান্মী অয়াম্বা লোইনা খুৎলোইখী। লোয়ননা রোমাসিংহশু শিংথাবা য়াবা লান্মী ওইরম্মী। মহাক্কী হৈগোই শীংথোইবা মতৌশিদা বৃটিশকী লুচিংবশীংনা পেনখী।

গম্ভীরসিংহ নরসিংহ মচিন-মনাউনা লুচিংদুনা য়েক্নবশিংবু অসাম অমশুং মণিপুরগী মফম অয়াম্বদগী তানথোরকপা মতমদা রোমাশু ৩৯ শুবা নাইক ওইনা খন্দুনা থৌদাং লৌরকখি। নুমিৎ কয়ানি চাদা থক্তবমখে লানথেংনরকপদা হনবা লৈত্রবা অথৌবনি হায়না বৃটিশনা শেংনা খঙখী। লান মাই পাক্লবা মতুংদা মহারাজ গম্ভীরসিংহনা খৃঃ ১৮২৬-১৮৩৪ ফাউবা পানখি। মহাক্কী মতমদা লৈবাক্কী অরুবা হীরম কয়া লৈরকপদা লোংজাম্বাশু য়াউনা রাতান্নখি।

## লোংজাম্বনা বৃটিশপু য়ানিংদবাঃ

নুংশি চান্নবা মরুপ ওইনদুনা অরাবা তেংবাংনরবা মতুংদা বৃটিশনা মণিপুরদা নাকোইননা মীৎয়েং থম্বা হৌরকখি। অসিগুম্বা মতৌসি লোংজাম্বনা খঙবদগী মবুক্তা চীংনবা হৌরকখি। খ্বাইদগী হান্না খৃঃ ১৮৩৩-১৮৩৪দা বৃটিশ বর্মা অমশুং মণিপুরগী ঙমখৈ মখাতানা ময়েকশেংনা খঙদবা য়ারক্তে। মণিপুরগী খা নোংপোক অমশুং অরাংনোংচুপ্তা গম্ভীরসিংহ বৃটিশ ১শুং বর্মাগী লুচীংবশিং য়াউনা ঙমখৈগী কয়াৎ ফিবাল শেমমীন্নখি। ফীবালসি শেন্নবা খোঙনা চত্তুনা শেংনা য়েংশিমিন্নখি। খোঙচৎশীদা হকথেংননা রোমাসিংহশু য়াউদুনা মুন্না মীৎয়েং চৎখী।

লোয়নননা তাঙ্কক নিপাল য়াউবা সন্ধী অমা তৌনখি। সন্ধিসিনা মরম ওইরদুনা মণিপুরগী ফিবাল ওইবা মফমশীং খর রোমানা য়ানিংদদুনা য়েৎখী। য়েৎনবশিদা বৃটিশনা মৈতৈগী হোংগন্দবা অরেম্পা পুকচেলদু ময়েক শেংনা খঙনখী। মাগী অপাম্বদুনা মরম ওইরগা ঙসি ফাউবা মীয়ামগী থম্মোইদা চয়েৎনবা ফাউনরী।

## ভারতকী সিপাহী লান লোইরগা বৃটিশনা রোমাসিংহবু ইকাইখুন্নবাঃ

পৃথিবীগী লৈবাক অয়াম্বা লৌশিনবদা করিমত্তা চোকথবা লৈরক্রুবা অমদী মখাতানা লোইলম শন্দোক্লবা হোৎনবদা তঙাইফদ্রবা মথৌদাং ওইরবা বৃটিশনি। ভারত্তা খৃঃ ১৮৫৭তা ভারতবাসীশিংনা মনিংতম্বগী হৌরকপা লানহৌদা অরাব কয়া মায়োক্লখী। লানশিদা মৈতৈমচা খরশু ভারতকী মীচংদা য়াউখী। অরাবা মতৌশিদা মণিপুরদা লৈরিবা পোলিতিকেল এজেন্ট মেক্লোনা মৈতৈ নিংথৌ চন্দ্রকীর্তিদগী লান্মীগী তেংবাং নিরকখি। নীংশিংবা য়াই মৈতৈ লান্মীশিংগী মতিক মগুণ পূন্নমক খৃঃ ১৮২৪-১৮২৬, কী বর্মাগী লান্দা ময়েক শেংনা খঙখ্রবনি।

বৃটিশকী রাফমসিদা চন্দ্রকৃটিনা মেঞ্জোর রোমাসিংহ ১শুং অতোম্পা অমগা লোইননা মেঞ্জর অনিগী লমজীং মখাদা লান্মী চামরী থাদুনা তেংবাংবিখি। মৈতৈ লান্মীশিংগী পুকচেল শেংবা থৌনা অমদী মতীক মগুন্দুদা বৃটিশনা পেনখি। লান মায় পাক্লবা তুংদা বৃটিশনা খৃঃ ১৮৫৯দা তৌবিমল খংবা উৎপা ওইনা চন্দ্রকীর্তিদা ফজবা ফীজোল থাং অমশুং খ্বাংয়েৎ পেটি পীরক্লনা খুদোল তমলকখী। লোয়ইননা মেঞ্জর রোমা সিংহবু লুচিংবা অমা ওইনা ইকাই খুন্নবিখি। মহাক্কা লোয়নননা অতোম্পা লান্মী তরেৎশু খুদোল তম্বীরকখি। থৌদোকশী মণিপুর অমদী নোংচুপলোমগী ইতিহাসতা অহানবা ওইনা শিংথাবা য়াই। মতুংদা খৃঃ ১৮৭৪দা জিল্লা দরবার ফমদুনা নিংথৌদা ইকাইখুন্নবা উৎখিবা লৈখি।

## রোমাগী পাররানশিংঃ

মহারাজ গম্ভীরসিংহগী স্না হাক্তক্তগী হৌনা বৃটিশনা ময়েক শেংনা শকখংস্লবা অথৌবা রোমা লোংজাম্বা মচাইবুংঙো চন্দ্রকীর্তিগী মতম অহল ওইরক্লবা ফাউবদা থোইদোক্লা হনবা লৈখিদ্রে। মহাক্লা পাররান (সেবক) কয়া খোমজিন্দুনা হুইয়েন লাল্লোং তম্বীবা লেপখিদে। মহাক্কী শিগ্না খরদং পল্লবদা থাংগী থাংলোন, লৈতেং থাংহাই, থাংহাই চোলোম, লৈতেং খুৎকক, খুৎখিল, থাংগী লোংহুল, লৈরগা চোংবা, হুল্লগা চোংবা, ওল্লগা হুনবা, ওল্লগা খিনবা, ওল্লগা য়ানবা, থুনা হুনবা, চোংবা, মাংদা ককপা, তুংদা ঙাকপা, চেপ্না ঙাকপা, চোংশিল্লগা ককপা অমদী মথক্তা চোংখৎলগা ককপা অমশুং ঙাকপনচিংবনি। অসিদা নত্তনা তা অমদি চুঙ্গোইগী লাল্লোং কয়াশু লৈরী। অসিগুম্বা লাল্লোংশিং অসি মাগী পাররানশিংদা অখাকপা লৈতনা তম্বীখি। মখোয়শিংদুগী মরক্তা খরদং পল্লবদা য়েঙ্খোয়বা মেজর, লৈতা মেজর চোংথামীয়া, সিলোটতাবা, লৌক্রাকপম শামু, রাংখৈ মৈরাবা, পাউনম নাওল সিংহ (পাউনা), লিশম হাউবা অমশুং বল্লরামনচীংবনি। মখোয় খুদিংমক মমৈথংদা লৈবাক্কী শক্লাইরবা লান্মী ওইনখি।

## অহল ওইরবা লোংজাম্বাগী মহৈবু অতোম্পশিংনা কিবাঃ

মৈতৈগী হুইয়েন লাল্লোংশি নোংপোক্কী লৈবাক বর্মা, নোংচুপলোমগী ফ্রেন্স, বৃটিশ, ডেনিস অমশুং পোর্টুগীজশিংনা খঙখী। অদুদা নত্তনা ভারতকী হৈ-শীংলবশিংনশু খঙখি হায়না লৌবা য়াই। মসি অরাইবা নত্তে, নীংশিংবা য়াই মদুদি মহারাজ চন্দ্রকীর্তিগী মতমদা লোংজাম্বনা অহল ওইরক্লবদা নোংমা মণিপুরদা লাহোরদগী লাকপা শক্লাইরবা শিখকী লাল্লোং হৈরবা গুরু অমা মৈতৈগী কোনুংদা লাকখী। মহাক্লা মৈতৈমচাশিংদা থাং তম্বীগে হায়না নিংথৌদা হায়জখি। রাফমশিদা চন্দ্রকৃতীনা কোনুংগী অখঙ-অহৈশিংগা তাম্নদুনা মহাক্কী মহৈ-মশীংগী মরমদা নৈনখি।

মতাংশিদা থাংগী মরমদা থোইদোক্লা খঙহৈরবা শিংজামৈ থোঙাম লৈকাইদা লৈবা থোঙাম চাউবনা গুরুশিগী মহৈ মশিংগী থাকশী মৈতৈ মচা অমগা হান্ন পান্নরগা য়েংখীসি হায়না মোত পীরকখি। রাফমসিদা লোংজাম্বগী পাররানশিংগী মরক্তা মীৎয়েং থমলক্তুনা খন্নরকখি মদুদি - য়েম্খোয়বা মেঞ্জর - থাংদি হৈ মীগী খুৎতগী চেৎনা পাইরীবা থাংদু লায়না তাহনবা ঙম্মী অদুবু মরিল কয়া য়াউদে; পান্নহনবদা রাগদ্রা খল্লি। লৈতা মেঞ্জর - থাংহাই পুন্নমক ঙমখৈ লৈতনা ফজৈ, অদুমওইনমক মীগা য়ান্নরকপদা শোনগনি খল্লি। চোংথামিয়া - থাংলোল মখল শুনা হৈ, মশা-মঊ ফৈ মীনা য়েংবদা কিগনি অদুবু মরিল কয়া লৈতে। শিলেটতাবা - থাংলোল খুদিংমক শুনা হৈ, কুম্পদি খর রাৎলী, মীগা মায়োক্নরকপদা শোনগনি চিংনৈ। লৌক্রাকপম শমু - থাংদি মতিক চানা হৈরবা অথৌবনি, অদুবু লৈতেংগী থাংলোন থাংহাইখক্তা ওইবনা মীগা য়ান্নরকপদা নোপকদ্রা চিংনৈ। লিশম হাউবা - থাং কুপ্না হৈ, মীনদি কয়া কন্না উশিত্তবা অথৌবনি শোয়গদ্রা চিংনৈ। তুলিনহা মেঞ্জর - থাংলোন মতিক চানা হৈরবা অথৌবনি হৌজিক হৌজিক মহারাজগী ওইগী পাম্বোম ওইনরিবনিনা শোইখিবা থোক্লবদি চাং তাগনি চীংনৈ। রাংখৈ মৈরাবা - অথৌবসি মরিল য়ান্না লৈবা নহানি, থাংদি কয়া কুপতে, শোয়খিগদ্রা চীংনৈ। শৌগাইজম বলরাম - মহাকশু হৌজিক হৌজিক মহারাজগী য়েৎকী পাম্বোম ওইনরিবনা শোইখী লানখিবা থোক্লবদি লৈপাক্কী মাংজগনি। পাউনম নওলসিংহ - অথৌবসি খুজেং ককপা য়ান্না থুই, শুংশোই শোইরোইদবা অথৌবনি অদুঙৈ তামৈ হাউগী লান্দা মহারাজগী থৌগল তৌখিবদুনি মাই পাক্কদ্রা খল্লি।

অশুন্না কুপ্না খন্নরবা মতুংদা মহারাজ চন্দ্রকীর্তিনা লোংজাম্বাগী পাররানশিংগী মরক্তগী নওলসিংহগা গদগা অমদি চুঙ্গোই পাইহল্লগা শিখকী গুরুগা লাম্বা পানহনখি। মায়োক্নবসিদা গুরুদু নওলসিংহনা য়ান্না লাইনা মাইথিবা পীখি। মহাক নিংবা কাইবদগী থুনা মণিপুর থাদোকখি। মতৌশিদগী মৈতৈ নিংথৌ, মাগী অঙম অথৌশিং অমদী য়ুমলোন্নবা ভারত অমশুং অতৈশীংনা লোংজাম্বগী শিন্দমু কিনখি।

## লোংজাম্বগী পারৱানশিংনা বৃটিশকা লান্থেংনবাঃ

খৃঃ ১৮৮৬তা মহারাজ চন্দ্রকীর্তিনা হেক নোঙ্গাখ্রবদা মচাইবুংঙোশিংনা নীংথিনা লৈঙাকলোন পুবা ঙমলক্তবা অমদী বৃটিশকা য়েংথীনরকপা লৈরকখী। মসিনা মরম ওইরগা খৃঃ১৮৯১গী মার্চ অমদি এপ্রিল থাদা হকথেংননা লানথেনরকপদা মরুওইনা থৌবাল তুরেলগী খোংখোং, থৌবাল অথোকপম, মনাউচীং অমশুং খোংজোমগী লানফমশিংনি। লানফমশীং অসিদা লোংজাম্বগী পরৱানশিংশু য়াউখি। পনবা য়াবশিংদি য়েখ্নোইবা মেঞ্জর, নেপ্রম মেঞ্জর, ৱাংখৈ মৈরাবা অমশুং পাউনম নাওলসিংহ নি। মখোয়না বৃটিশকী মায়োক্তা লেপ্তুনা লৌখিবা থৌদাংশিংদু শিংথাকখী লোয়বা নাইররোই। মখোয়গী থৌনা লিংজেলশিংদু লোংজাম্বনা তাকপী তম্বীরম্বা মহৈ-মশীংদুগী মপাননি হায়বদা থোইনা লাল্লোই। মাগী মপাননা মৈতৈ লান্মীশিংনা বৃটিশকা মায়োক্নদুনা পৃথিবীগী ইতিহাসতা ময়েক লানা ইবা ফংহল্লি।

ৱারোইশিনঃ

গুরুশিদবগী চারোল শুরোলশিংনা মরৈবাক মরমদম ঙাকচা কনজনবগী রাখল লৌশিং থৌনা লিংজেল অমশুং লাল্লোংশিং কয়া খঙহৈবা ঙমজখি। ময়ামদুগী মরক্তা লোংজাম্বা অথৌবশু অমনি হায়না লৌবা য়াই। মহাক্কী ফিদম অমদি গুনশিং থোইদোক্লা তমজনিংঙাইনি। মহাক্নুম্বা অথৌবা কয়াদগী লৈবাকশিগী চীংমী তম্মীশিংনা থম্মোইশেংনা শিল্লম শিম্ব্রা লৌনরব অমদী মরৈবাকপু নিংনরবদি খুদিংমক্কী অফবা ওইগনি। লোইননা অথৌবসিগী অশেংবা পোকখীবা নুমিৎ অমদী লৈখিদবা নুমিৎশিং নীংথীনা খঙদোক্তুনা মাগী মফমদা হৈকৎ লৈকৎ তম্বগী তঙাইফদ্রবা থৌরমশিং পাংথোক্লবদি মীয়ামগী কান্নগনি হায়না পঞ্জনিংই।

## Reference:

1. J. Roy - *History of Manipur,* Calcutta, 1973 (Reprint) p.87
2. L. W. Shakespear - *History of Assam Rifles*, p. 63,69
3. R. Brown - *Statatical Account of Manipur,* Calcutta, 1874, p. 70
4. R.K. Jhalajit Singh - *A Short History of Manipur*, Imphal, 1965, p. 240
5. B. Kullachandra Sharma - *Wangkhei Meiraba*, Imphal, 1996, p. 10,11,12, 13, 14
6. P. Phulendrajit Singh - *Paona Brajabashi*, Imphal - 1988
7. *Lamjing Meira* :- A monthly regional periodical, Imphal, March - 1996.
8. *Athouba* - A monthly regional periodical, Imphal, April - 1998 & April - 2002
9. Dr. L. Manimohon Singh, Imphal - *Private conversation in 1995.*

-------

# মীতৈ লৈঙাকলোন্দা মেজর লোংজম্বা রোমাসিংহগী মশক

*অইবা - অখাম লাঙ্গোল*

***ব্রাহৌদোক ঃ***

ঐখোয়গী কংলৈপাক লমদম অসি অথৌবা অথৌবী কয়াগী পোকখিবা লমদমনি । লৈবাক নিংবা, লৈবাকপু শেংনা নুংশিজবা, ফুরুপ্পু কঞ্জনিংবগী ব্রাখল চেনখিবা কয়া পুব্রারীগী তোঙান তোঙানবা তাক্ককশিংদা পোক্লককখি । মুৎনাইদনা লৈহৌরগদবা মপারি মমোম কয়া থোরকখি মতমগী য়াওলনা অসুম লাকপদা । ঙসিদি পুব্রারীগী ফিজং মরুমদা লৈরম্বা লাইওইখ্রবা অদুগুম্বা থৌনা ফবা কয়াগী ব্রারী শিংবুলশিং অদুনা তপ্না তপ্না ঙানথোরক্লি । লোংজম শাগৈদা পোকখিবা মপারি লোংজাম্বা রোমা (লোমা) মেজরগী ব্রারী শিংবুল, মহাক্না হিংলিঙৈ মতমদা করি তৌরম্বা, মহাক্কা মরি লৈনবনা করি হায়বদুগী মতাংদা শন্নপ্না য়েংসি । মহাকসু বৃটিশ পোলিটিকেল এজেন্ট মশিং য়াম্না থেংনরক্লবা অদুগুম্বা মীওই অমনি ।

***চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগা লোয়ননা অকাম হাওবগী লানফমদা লোংজাম্বা রোমা ঃ-*** খৃঃ ১৮৫৭ কী জানুব্রারি তাং ১৯ ব্রাকচিংগী ২৪ নি পানব, স্বাতি নক্ষত্র (থৌব্রাইমিচাক ১৫), নিংথৌকাবা নুমিৎতা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা অকাম হাওদা লান্দারুরগা হল্লকই । হায়রিবা লান অসিদা মী ৩৯ শিরকই । মখোয় ময়ামগী শোরাৎসু মহারাজনা শোনবীরম্মী । অদুগা নিংথৌনা লোংজাম্বা পোৎশঙবা হঞ্জববু নিংথৌ ফি, স্নাগী খুজি অমদি স্নাগী লিক খুদোল ওইনা পীরম্মী । মতাং অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি “ ২৪ নি নিংথৌকাবদা মহারাজনা অকাম হাও নারুবা থুংলৈএ । মী ৩৯ লান্দা শিরকএ । মখোয় অদুগী শোরাৎ মহারাজনা শোনবিএ । নোংমৈ খুৎলাই হুন্দোক্লম্বশিংদা লাইরেকএ হায়দুনা নোংমৈ ১ দা লুপা ২৩ লৌখৎলে । মহারাজগী স্না থৌগল ফংজরকপা চিরোমমচা পার্থ নাহারুপ লাকপা হাওবমচা বিনোদো মেঙ্গোর ২ মাদি থাংবন পীএ । লোংজাম্বা লোমা পোৎশংবা হঞ্জবা, লাইতোনজমচা চন্দ্রসিং ২ দি স্না থৌগন ফংজরকপা পুম্নমক্কী মাগী মাগী মতীক ওকপা য়েংদুনা

নিংথৌ ফি স্না খুজি স্নরিক পীএ ।" (চৈথারোল কুম্বাবা ও শুবা খুৎনম, লামায় ৩৩২) মতাং অসিদা দি লোষ্ট কিংদমগী লামায় ১৫৮ অমদি দাইরি ওফ মণিপুরগী লামায় ২৪৪-২৪৫ দা অসুম্না ইরি - "24th Monday the Maharaj returned from Kamhaw expedition after an absence of 39 days. The Maharaj performed shraddha ceremony of all who died in the expedition. Rs. 23/- was fined for each gun left in expedition. Thangloi was given to Chirom Partha Singh and Haobam Major. Royal cloths, golden bangles and necklece were given to Longjamba Potsangba Hanjaba and Liton Chandra Singh Subadar"

***কছাড়দা শামু ফারুবদা লোংজাম্বা রোমা মেজরগী থৌদাং :-*** খৃঃ১৮৫৯ গী এপ্রিল তাং ৬ শজিবুগী ৪ নি পানবা, রোহিনী নক্ষত্র (থৌর ইমিচাক ৪) না পানব, শগোলশেন নুমিত্তা লোংজাম্বা লোমা পোৎশঙবা হঞ্জবা অসি জিরিদগী শামু ৬৩ ফারুই । অফাবা শামু ৬৩ গী মনুংদা শামু ৫ খক্তি শিরম্মী । অদুগা শামু ৪৮ দি কাছারদা য়োম্লোকলম্মী । অদুগা অমুক শামু ৭ না কোনুংদা পুরকই । মতাং অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - "৪নি শগোলশেন্দা লোংজাম্বা পোৎশংবা হঞ্জবা লোমানা জিরিদগী শামু ৬৩* ফারুবা ৫ দি শিএ। ৪৮ দি ময়াংদা য়োল্লমএ । শামু য়াপনবা ১ নচিংবা শামু ৭ থুংলৈএ।" (চৈথারোল কুম্বাবা অহুমশুবা খুৎনম, লামায় ৩৩৯) অদুগা ব্রাফম অসি দি লোষ্ট কিংদমগী লামায় ১৬২ অমদি দাইরি ওফ মণিপুরগী লামায় ২৫০ দা অসুম্না ইরি - "4th Thursday Longjamba Potsangba Romon Singh caught 65 elephants at Jiri. 5 of them died. 48 were sold at Cachar 7 were brought in the Palace."

খৃঃ ১৮৬০ গী এপ্রিল তাং ৮ শজিবুগী ১৮ নি পানব, বিশাখা নক্ষত্র (থৌরাইমিচাক ১৬) না পানবা, নোংমাইজিং নুমিত্তা লোংজম লমা (লোংজাম্বা লোমা) মেঞ্জরনা কাছাড়দগী শামু ৬ ফারুরগা হল্লকই। অফাবা শামুশিংদুগী মনুংদা থাংকোকপা ( ময়া অশাংবা অনিমক য়াওদবা শামু ) অমা য়াওরকই । মতাং অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - " ১৮ নি লাংমাইচিংদা লোংজমচা লমা মেঞ্জোরনা ময়াংদগী

---

* *খৃঃ ১৮৫৯ গী এপ্রিলগী তাং ৬তা লোংজাম্ব রোমানা জিরিদা ফাখিবা মশিং অসি চৈথারোল কুম্বাবাদা পীরম্বগা দি লোষ্ট কিংদমদা পীরম্বগা খরা খেনরে ।*

শামু ফারুবা শামু ৬ থুংলৈএ । থাংকোকপা অমা য়াওরকএ ।" (চৈথারোলল কুম্বাবা অহুমশুবা খুৎনম, লামায় ৩৪২ ) অদুগা মতাং অসিদা দি লোষ্ট কিংদমগী লামায় ১৬৪ অমদি দাইরি ওফ মণিপুরগী লামায় ২৫২ দা অসুম্না ইরি - "18 th Sunday 6 elephants caught by Longjamba Roma Major arrived".

খৃঃ ১৮৬০ গী নবেম্বর তাং ২৯ হিয়াঙ্গৈ ১৬ নি পানবা, রোহিনী নক্ষত্র (থৌৰাইমিচাক ৪ ) না পানবা, শাগোলশেন নুমিত্তা লোংজাম্বা মেঞোরনা কাছাড়দা শামু ফাবা চৎলি । মতাং অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - " ১৬ নি শগোলশেন্দা লোংজাম্বা মেঞোরনা ময়াংদা শামু ফাবা চৎলে । (চৈথারোল কুম্বাবা অহুমশুবা খুৎনম, লামায় ৩৪৩ )

***চীংগী খুঙ্গংশিং অমসুং লুসাই হাওগী লানফমদা লোংজাম্বা রোমা মেজরগী থৌনা ঃ-*** খৃঃ ১৮৬৮ গী জানুৱারি তাং ৩০, ফাইরেনগী ৬ নি পানবা, রেবতী নক্ষত্র (থৌৰাইমিচাক ২৭) না পানবা শাগোলশেন নুমিত্তা অৱাং মায়কৈগী থাঙ্গাল খুলদা লোংজাম্বা মেঞ্জরনা লান্দাবা চৎলি । অদুগা ফেব্রুৱারি তাং ২২, ফাইরেনগী ২৯ নি পানবা, ধনিষ্ঠা নক্ষত্র (থৌৰাইমিচাক ২৩) না পানবা থাঙজা নুমিত্তা সিফাই ১০০০, খোংজাই ১০০০ মীচোই ৮০০ গা লোয়ননা লান্দরুবা হল্লকই । লানফা ১০ খকসু ফারকই । ৱাফম অসিগী মতাংদ চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - " ৬ নি শগোলশেন্দা কাংঙবমচা মেঞোর, লোংজাম্বা মেঞোর ২ মা অৱাংলমদা তঙান নাবা চৎএ"। (চৈথারোল কুম্বাবা অহুমশুবা খুৎনম, লামায় ৩৭০) অদুগা মতাং অসি দি লোষ্ট কিংদমগী লামায় ১৭৯ অমদি দাইরি ওফ মণিপুরগী লামায় ২৭৫ দা অসুম্না ইরি - "29th Saturday the Lushai Nagas paid tribute. An elephant tusk was given to the Maharaj by Lushais, He gave them 2 spears. Longjamba Major, Kangjam Major, with 1000 sepoys and 100 Khongjais and 800 followers returned from the Tangkhul expedition, the Naga village was destroyed. 10 Nagas were brought captives."

খৃঃ ১৮৬৮ গী ওক্তোবর তাং ৭, মেরা থাগী ২১ নি পানবা, মৃগশির নক্ষত্র (থৌৱাইমিচাক ৫ ) না পানবা, য়ুমশকৈশ নুমিত্তা লোংজমচা মেঞ্জর (লোংজাম্বা লোমা ) অমদি অতৈ মীওই খর অৱাং মায়কৈগী চাত্রিক হাও লান্দাবা চৎলি । মতাং অসিদা দি লোষ্ট কিংদমগী লামায় ১৮০ অমদি দাইরি ওফ মণিপুরগী লামায় ২৭৭ দা অসুম্না ইরি - "21st Wednesday the Longjamba Major and others went to Chajao expedition." অদুগা ওক্তোবর তাং ৩১, হিয়াঙ্গৈগী থানিন (পুর্ণিমা) অশ্বিগী নক্ষত্র (থৌৱাইমিচাক ১) না পানবা থাংজ নুমিত্তা লোংজমচা মেঞ্জর (লোংজাম্বা লোমা) না চাত্রিক লান শোক্লরুবগা হল্লকই । লান অসিদা চাত্রিক খুল্লাকপা য়াংখিন লেংবু হিংনা ফারকলম্মী । হায়রিবা লান অসিগী মতাংদা দি লোষ্ট কিংদমগী লামায় ১৮০ অমদি দাইরি ওফ মণিপুরগী লামায় ২৭৭ দা অসুম্না ইরি - "15th Saturday the Longjamba Major returned from Chatic expedition." মতাং অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদসু অসুম্না ইরি - " ২০ নি নিংথৌকাবদা লোংজমচা মেঞ্জোরনা সিফাই ২০০ লোয়নদুনা লুশৈ নাবা চৎলে ।" (চৈথারোল কুম্বাবা অহুমশুবা খুৎনম, লামায় ৩৭৫)

লুসাই হাওনা লান হৌরক্লুনা সাহেব ২ হাৎখিবগীদমক লুসাই হাওবু লমন ওইনা খুন্বীয়ু হায়দুনা সাহেবদগী চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজতা চিঠি অমা লাকই। মদুদা চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা লুসাই নিংথৌ ফারকউ হায়দুনা মহাক্কী মনাইশং য়াথং পীখি । মনা য়াথং হেক ফংবগা মথংগী নুমিৎ খৃঃ১৮৬৯ গী ফেব্রুৱারী তাং ১, ফাইবেন থাগী ২০ নি পানবা, হস্তা নক্ষত্র (থৌৱাইমচিক ১৩) না পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা লোংজমচা মেঞ্জর (লোংজাম্বা বোমা) না সিফাই ২০০* পুবগা লুসাইদা লান্দাবা চৎলি । মতাং অসিদা চৈথাবোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - " ২০ নি নিংথৌকাবদা লোংজমচা মেঞ্জোরনা সিফাই ২০ লোয়নদুনা লুশৈ নাবা চৎলে । ( চৈথারোল কুম্বাবা ৩শুবা খুৎনম লামায় ৩৭৫ ) মতাং অসিদা দি লোষ্ট কিংদমগী লামায ১৮১ অমদি দাইরি ওফ মণিপুরগী লামায় ২৭৮ দা অসুম্না ইরি - "20th Monday Longjamba Major set out for Lushai country with 400 sepoys." অদুগা ফেব্রুৱারী তাং ৪ , ফাইরেনগী ২৩ নি পানবা শগোলশেন নুমিত্তা খুম্বোং মেঞ্জর অমদি মৈস্নামচা

---

* *খৃঃ ১৮৬৯ গী ফেব্রুৱারী তাং ১ দা লোংজাম্ব বোমানা লুসাইদা লানদাব চৎপদা লোযনখিবা সিফাই মশিং অসি চৈথারোল কুম্বাবাগা দি লোষ্ট কিংদমদা পীবম্বগা খরা খেনবে ।*

শামু শেলুংবহন মখোয় অনিবু সিফাই ১০০* পুরগা লুসাইগী লান য়াওবা চৎলি। ফেব্রুৱারী তাং ৬, ফাইরেনগী ২৫ নি পানবা থাংজ নুমিত্তা কাংবা অখনবা লালুপ অমদি অতৈ খরসু সিফাই ১০০* পুরগা লুসাইগী লান অসি য়াওবা চৎলি। " অদুগী নোং হেক ঙালবদা চিঠি পত্র অমা থুংঙরে । মবমদি লুসৈ হাওনা লাল হৌদুনা সাহেপ অনি হাৎখ্রে, নিংথৌনা চানবীদুনা খুন্বীয়ু হায়রকই। অদু তাবদা নিংথৌনা লুসৈ নিংথৌ ফাও হায়দুনা য়াথং থারে । সন' য়াথং ফংদুনা অদুগী নোংঙালবদা লোংজাম্বা মেঞ্জোর লাম্মী ২০০ পুদুনা ফাইরেন ২০ নি পানবদা যাত্রা তৌদুনা চৎল্লি । অদুগী তুং ২৫ নি পানবা থাঙ্গাল মেঞ্জোরগী সেনাপ্তিগা খুৎলাই তেঙ্গোল মতিক চানা পুদুনা যাত্রা তৌই । মঙাল চাওবা মগুণ লৈবা অথৌবা কয়া চৎখিদুনা মথং মথং চৎখিদুনা লুসৈ খুনদা থুংলুরে । তেঙ্গোল মীয়া উবদা লুসাই নিংথৌ লাল তৌদনা চংজরক্লে ।" (মণিপুর ইতিহাস বিজয় পঞ্চালি চন্দ্রকীর্ত্তি চরিৎ, লামায় ৮৩- ৮৪)

খৃঃ১৮৬৯ গী মার্চ ১৯, শচিফু ৬ নি পানবা, রোহিনী নক্ষত্র (থরাইমিচাক ৪) না পানবা ইরাই নুমিত্তা লোংজমচা মেঞ্জরনা লুসাই হাওবু তাকখায়রম্লগা খম্বীরোনদা অমুক থুংলম্মী । মতাং অসিদা দি লোষ্ট কিংদমগী লাময়া ১৮২ অমদি দাইরি ওফ মণিপুবগী লামায় ২৭৯ দা অসুম্না ইরি - "6th Friday Longjamba Major arrived Khambiron thana after the destruction of Lushai Country." মতাং অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - " ৬ নি ঈরাইদা লোংজমচা মেঞ্জোরনা কম্বীরোন্দা লুশৈ হাওবু থুগাইরুবা থুংলৈ । (চৈথারোল কুম্বাবা অহুমশুবা খুৎনম, লামায় ৩৭৬)

খৃঃ ১৮৭১ গী ফেব্রুৱারী তাং ১৪ ফাইরেনগী ২৫ নি পানবা জ্যেষ্ঠা নক্ষত্র (থৌরাইমিচাক ১৮) নিংথৌকাবা নুমিত্তা লোংজাম্বা মেঞ্জর অমদি মৈস্নাম মেঞ্জর অনিনা লুসাই এক্সপিদিশন চত্তুনা নাগা খুলবু লাকশিনবা চৎলি। মতাং অসিদা দি লোষ্ট কিংদমগী লামায় ১৮৬ অমদি দাইরি ওফ মণিপুরগী লামায় ২৮৫ দা অসুম্না ইরি - "25th Monday Longjamba Major and Maisna Major went to Lushai expedition as the latter raided the Namfgau Naga Village. Kamhow Nagas brought in 2 corpses of Lushai Nagas, they were buried at Moirangkhom."

*হিয়াং তান্নবদা লোংজাম্বা রোমা মেজর :-* খৃ ১৮৬৮ গী সেপ্তেম্বর তাং ১৩ লাংবন ২৭ নি পানবা, পুষ্যা নক্ষত্র (থৌৱাইমিচাক ৮) না পানবা নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক্তা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা থোক্কুনা লোংজমচা মেঞ্জর (লোংজম্বা লোমা) গা কাংঙবমচা মেঞ্জর (থাঙ্গাল মেঞ্জর) গা মখোয় অনি অসি তেংমাই লেপহন্দুনা হিয়াং তান্নে । মদুদা সাহেবনা ফোটো (তসপের) নমই । হায়রিবসি চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - " ২৭ নি লংমাইচিংগী অয়ুক্তা মহারাজ থোক্কুনা লোংজমচা মেঞ্জোরগা কাংঙবমচা মেঞ্জোরগা ২ মকপু তেংমাই লেপহন্দুনা হিয়াং তান্নে । সাহেবনা তসপের নমএ।" (চৈথারোল কুম্বাবা অহুমশুবা খুৎনম, লামায় ৩৭৩)

*অৱাংলমগী বাউন্দরি য়েনবা অমসুং থিবোমৈ (কোহিমা) গী ফুটপ্রিন্ট য়েংশিনবদা লোংজাম্বা রোমাসিংহ মেজরগী থৌদাং :*

খৃঃ ১৮৬২ গী নবেম্বর তাং ২৭, পোইনুগী ৬ নি পানবা শ্রবণ নক্ষত্র (থৌৱাইমিচাক ২২) না পানবা শগোলশেন নুমিত্তা লোংজাম্বা মেঞ্জরগা সাহেবকা উংখৎনবা, নিঙাই শংদানবা থোকপদগী সাহেব কাছাড়দা চৎখি। মতাং অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - " ৬ নি শগোলশেন লোংজাম্বা মেঞ্জোরগা সাহেবকা নিঙাই তৌনৈ হায়দুনা ময়াং চঙখিয়ে।" (চৈথারোল কুম্বাবা অহুমশুবা খুৎনম, লামায় ৩৫১)

খৃঃ ১৮৭০ গী ফেব্রুৱারি তাং ২০,ফাইরেনগী ২০ নি পানবা, চিত্রা নক্ষত্র (থৌৱাইমিচাক ১৪) না পানবা, নোংমাইজিং নুমিত্তা লোংজাম্বা মেঞ্জরনে, চিংঙাখম্বা খাফম লাকপানে অমদি বামোন গোকুলো থুমজাও পুরেন মখোয় অহুমনা সিফাই ৫০ পুরগা অৱাং মাইকৈদা বাউন্দরি (north boundary) গীদমক চৎলি । মতাং অসিদা দি লোষ্ট কিংদমগী লামায় ১৮৪ অমদি দাইরি ওফ মণিপুরগী লামায় ২৮২ দা অসুম্না ইরি -"20th Sunday Longjamba Major, Chingakhamba Khambam Lakpa and others with 50 sepoys were sent to help the boundary party." অদুগা মার্চ তাং ৪, লমতাগী ২ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা কাংঙবা মেঞ্জরসু সাহেবকা লোয়ননা অৱাংগী লম (north boundary) য়েন্নবা চৎলি । অদুবু য়ানদদুনা অমুক হল্লকই ।

মতাং অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - "২০ নি লংমাইচিংদা লোংজাম্বা মেঞ্জোর চিংঙাখম্বা খাফম লাকপা বামোন গোকুলো থুমজাও পুরেন মখোয় ৩ মনচিংনা সিফাই ৫০ লোয়ননা অৱাংলমদা লময়েন্নবা থোমজিল্লে। (চৈথারোল কুম্বাবা অহুমশুবা খুৎনম, লামায় ৩৮৩)

খৃঃ ১৮৭২ গী ডিসেম্বর তাং ১৬, পোয়নু থাগী ১৭ নি পানবা, আর্দ্রা নক্ষত্র (থৌৱাইমিচাক ৬) না পানবা, নিংথৌকাবা নুমিত্তা লোংজমচা মেঞ্জরনা থিবোম্মে (কোহিমা) দা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মপা ইবুংঙো গম্ভীর সিংহ মহারাজগী পাতাশোন (ফুট প্রিন্ট ষ্টোন - খোঙ্গুল য়েকপা বাউন্দরি পিল্লর) খুরুম্বা চৎলি। মতাং অসিদা দি লোষ্ট কিংদমগী লামায় ১৯১ অমদি দাইরি ওফ মণিপুরগী লামায় ২৯৩ দা অসুম্না ইরি - " Longjamba Major went to Naga hills to bow the foot print of Gambhir Singh Maharaj" মতাং অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদসু অসুম্না ইবি - " ১৭ নি নিংথৌকাবদা লোংজমচা মেঞ্জোরনা থিবোম্মেদা শ্রীযুৎ মপা ইবুংঙোগী পাতাশোন খুরুম্বা চৎলে। পাঙনা পেংগুণ ২ সুং চেনখিবা ফারকএ"। (চৈথারোল কুম্বাবা অহুমশুবা খুৎনম, লামায় ৪০৬)



লোংজাম্বা লোমা মেজবনা থিবোমৈ (কোহিমা) দা খৃঃ ১৮৭২ গী দিসেম্বর তাং ১৬ তা চৎলগা খুরুমলুবিবা গম্ভিবসিং মহারাজগী খোঙ্গুল য়েকপা বাউন্দবি পিল্লব অসি নাগালেন্দ ম্যুজিয়মগী কেম্পসতা হৌজিক থিন্দুনা থম্লিবা শক্তম।



লোংজাম্বা লোমা মেজরনা থিবোমৈ (কোহিমা) দা চৎলগা খৃঃ ১৮৭২ গী দিসেম্বর তাং ১৬ তা খুরুমলুরিবা গম্ভিরসিং মহাবাজগী খোঙ্গুল যেকপা বাউন্দরি পিল্লব অসি খৃঃ ১৮৩৩ গী ফেব্রুবারি তাং ১৮ ফাইরেনগী থাগী ২৫ নি পানবা শগোলশেন নুমিত্তা গম্ভিরসিং মহাবাজনা কোহিমাদা য়ুংলম্বা কংলৈপাক্কী বাউন্দরি পিল্লরদুনি ।



লোংজাম্বা লোমা মেজরনা থিবোমৈ (কোহিমা) দা খৃঃ ১৮৭২ গী দিসেম্বর তাং ১৬ তা চৎলগা খুকমলুবিবা গম্ভিরসিং মহারাজগী খোঙ্গুল য়েকপা মতম অমগী বাউন্দরি পিল্লবগী শক্তম ।

খৃঃ১৮৭৩ গী ফেব্রুৱারি তাং ১১, ফাইরেনগী থাগী ১৪ নি পানবা পুষ্যা নক্ষত্র (থৌৱাইমিচাক ৮ ) না পানবা, লৈবাকপোকপা নুমিত্তা লোংজমচা তোপ মেঞ্জোর (লোংজাম্বা লোমা) গা সাহেব অহুমগা পুন্না অৱাং লোমগী লম (North boundary) য়েন্নবা চৎলি । হান্না অৱাং লমদা লৈরম্বা সাহেব অহুমনে অদুগা সিফাই ৬০ গা য়াওনা লম য়েম্বোক্লববু য়াদবদগী অমুক হল্লকই। মতাং অসিদা দি লোষ্ট কিংদমগী লামায় ১৯২ অমদি দাইরি ওফ মণিপুর লামায় ২৯৩ দা অসুম্না ইবি - " 14 th Tuesday Longjamba Major and 2 Shahebs went to see the boundary, they returned as nothing could be settled." মতাং অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - " ১৪ নি লৈপাকপোকপা ফাইরেনগী সংক্রন্তি হৌএ । অদু নুমিত্তা লোংজমচা তোপ মেঞ্জোরসু তমাশোন সাহেবকা অৱাংলম লম য়েন্নবা চৎলে । হান্না অৱাংলম লৈরম্বা সাহেব ৩ মগা সিফাই ৬০ গা য়াওনা লম য়েন্নববু য়াদদুনা হল্লকএ"। (চৈথারোল কুম্বাবা অহুমশুবা খুৎনম, লামায় ৪০৭)

খৃঃ১৮৭৮ গী নবেম্বর তাং ২৭, পোয়নুগী ৪ নি পানবা, পুবর্বাষাঢ়া নক্ষত্র (থৌৱাইমিচাক ২০) পানবা য়ুমশকৈশ নুমিত্তা লোংজাম্বা মেঞ্জরনা নোংপোক লম চৎলুবদগী হল্লকই । মতাং অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - " ৪ নি য়ুমশকৈশদা লোংজাম্বা মেঞ্জোরনা নোংপোকলম চৎলুবা থুংলৈএ।" (চৈথারোল কুম্বাবা অহুমশুবা খুৎনম, লামায় ৪৩৯)

থাঙ্গলসু সেহেবশিংগী টেক্নিকেল টার্ম ময়াম অমা খুদম ওইনা ইংলিসতা "ৱাটর সেট" হায়বনচিংবা কয়া খংলম্মী । খৃঃ ১৮৭২ গী লম-তু ওনবা য়েংশিনবগী থবক্তা থাঙ্গাল অসি মিংচৎ কয়া ফংখ্রে । লোংজাম্বা রোমা অসিসু লৈপাক নিংবা লৈপাক্নীদমক খনবা, লৈপাকপু নুংশিজবা (Patriotic) অমা ওই । মতাং অসিদা Sir James Johnstone গী " Manipur and the Naga hills " লাইরিক্তা থাঙ্গাল অমদি লোংজাম্বা রোমাসিংগী মতাংদা অসুম্না ইরি -"He knew all our technical terms such as " Watershed" in English, and has gained much credit for enabling the survey to carry on their work in 1872, when the patriotic but ill judged zeal of an older officer, Rooma Singh, nearly brought about a rupture" (লামায় ৭৬)

নোংমা Sir James Johnstone বু থাঙ্গাল মেজরনে, বলরাম সিংহনে অদুগা লোংজাম্বা রোমাসিং মেজরনে মখোয়না উনবা লাক্লম্বগী মতাংদা অসুম্না ইরি - "One day the two ministers Thangal Major and Bularam Singh came to see me, accompanied by Old Rooma Singh Major. They looked rather uneasy, and I suspected something was coming out." ( Manipur and the Naga Hills. page 142)

টোপোগ্রাফিকেল সর্ভে পার্টিগী ইনচার্জ নম্বর সিক্সতা লৈবা সর্ভেগী দিপুটি সুপরিটেন্দেন্ট ওইরিবা গোডৱিন ওষ্টেন (Godwin Austen) না ইন্দিয়াগী সর্ভেয়র জেনরেল কর্নেল এল থুইললিয়র (L. Thuillier) দা খৃ ঃ ১৮৭৩ গী জুন তাং ১৪, ইঙাগী ১৯ নি পানবা, শ্রাবন নক্ষত্র (থৌৱাইমিচাক ২২ ) পানবা থাংজ নুমিত্তা কংলৈপাক্কী অৱাং মাইকৈগী ঙমখৈ / লমখৈগী মতাংদা রিপোর্ট অমা ইরকপদা লোংজাম্বা লোমা মেজরসু ঙমখৈ / লমখৈ য়েংশিন্নবগী থবক অসিদা শরুক য়ারম্মী । হায়রিবা রিপোর্ট অসিদা অসুম্না ইরি - "The claims of Munipur on the Mao villages she has now got rest solely on marauding expeditions like that of the present year. While working in this part Munipuris, under Major Roma Sing were in our camp. They could neither collect supplies in the Mao or Sopoomah group, or even in villages like Sikhami, on the watershed, yet Captain Butler could obtain any amount. This was partly owing no doubt to the fact that the Munipuris never pay for any supplies they obtain, partly to the determination on the part of the villagers to show they were not in any way under Manipuri authority, althought they were repeated told theywere to be in future under that state. If I may be allowed to expess an opinion, I consider that Government have be led to make a grave error in giving up villages north of the watershed. Boundary pillars were set up to mark the new line at both its extremities and across the spur between the Zullo and Sijjo rivers. Three of these are trigonometrical stations.

On the 17th Major Roma Singh ( the Rajah not being satisfied with this now line) announced his intention of knocking them all down. This would have at once brought matters to a crisis and completely stopped tha progress of the triangulation and survey of the line. However, owing to the firm attitude assumed by Captain Butler, the Munipuris did not carry out their design, and the survey of this part of the ground. 30 square miles on the inch scale, was completed, and the original P.T. section submitted to your office on the 24th January. The Major then, by orders to the guard and collies supplied to Colonel Mobray Thomson by the Rajah, tried to provent that officer moving with us to the exterme point of this new line of boundary, but eventually they were allowed to go as far as Kheza Konoma, just below Tellizo. The reason for this nation was soon apparent. The day we arrived in that village news from the other side of the high range was brought in that a Munipuri force 400 sepoys, Kookies, & c., was encamped on the Lanier, and were threatening certain villages on that side. This news was confirmed on our return to Keza Kenomi a few days afterwards. The anxiety of the Munipuries and attempt to prevent our moving in this direction, was now apparent ; but this act of Munipur was the moroglaring from the fact of the Rajah having lately declared in a letter his inability to provide a proper escort for the survey of the watershed line, owing as he stated, to financial difficulties brought about by the lato Lushai expedition. As neither guard nor coolies with Colonel Thomson would go any further, it became necessary to return to Sikhami, give the Munipur Major another chance or arrange in some way for that officer's advance with us. Before leaving, the villagers of Keza Konomi promised to send up and clear the Kopomodzu peak,

and I left two Gurkhas with them to assist and show how to build the mark. This was up by the 20th and that day Thizami must have been burnt. Gaziphimi had been distroyed on or about 23rd. The trigonometrical mark over Razami showed the raiding force we were close by and they retired without making the alttempt to take it as they had intended. The return to Sikhami was of no avil, and we only lost three good days by doing so. Neither Roma Sing's guard nor coolies would proceed with the Political Agent, and that officer then decided to leave everything behind and go on with us, and by reducing we were enabled to supply the coolies. We returned to Keza Konomi on the 25 th, crossed the Kopomedza range on the 28th to Razami, and found that all the Naga information regarding the Munipur force was correct. The next day ascended to the peak, which had been cleared by the men of both Keza Kenomi and Razami, and observed all the angles, assisted by Mr. ogle, who was sketching this part on the inch scale. The weather was extremely fine, and the distant ranges all in view. On the 30th we marched through the site of Thizami to Gaziphimi, where the people were living in hurriedly constructed huts of boughs and the few mats they had saved. The stockaded camp of the Munipur force was soon on the banks of the Lanier below the village. We heard all the details of the attack, and it appeared they had never visited these village before. It was a trial expedition to see whether they could bring these villages to pay up their demands ; and had it succeded, it would have been brought forward to ontablish their claim of long occupation and attachment. On the 31st Mr. Ogle and myself proceeded to the cast, plane tabling, and on the 1st February marched towards the westward along the ridge, intending to encump at .................... Roma Sing joined the camp the next day and the news came in the interim that Shipoomi had been burnt. This affair only showed how small as park would kindle a rising and had we by any possibility suffered a reverse, conmencing in a general stampede of the coolies and loot of baggage, I think it not improbable Samagudling might have been threatened. I therefore consider it would be a wise precaution

when such expeditions are on foot, which denude the head-quarter station of its best men, that a reserve of the Native Infantry be moved up to some convenient place, ready as a reserve in case of accidents, yet more to show the hill people we have plenty of men to fall back upon, and that any fulsencess on their part would be followed by retribution .............. Suspicion was not altogether removed from Major Roma Sing's camp, althrough we were willing to attribute tha action of that village to the fate that had but lately attended Gaziphimi, & c. This the villagers of Thiwa did say, that men of Mckribama had come over the ridge, sent by the Munipuries, to tell the men of Shipoomi to put their spears into us should we attempt to pass that away, this being on the direct raod to Prowi, where the thannale had been established ; and to prevent our seeing or getting to Prowi was the point they had all along endcavoured to gain. Before we learnt the geography of that part of the country, the Manipuries always stated Prowi to be on the Manipur aaide of the watershed. It having being decided that is was politic to go the Manipur, new plans for the survey had to be formed, and I decided on a secondary series of triangulation, extending from the base Khunho H.S. to Talliso H.S. due south, as far as we could carry it into the Manipur valley, and to carry on a sketch of the country on the 1-inch scale. As the regular marches were made this became very heavy work, and for the four days we were marching into the valley neither myself nor Mr. Ogle got into camp until between 0 or 10 o'clock. Very furtunately we had fine moonlight nights; thus a good survey of this route was made, and hills were selected and marks set up. Major Roma Sing at once objected, and the villagers were warned net to assist ; this did not, however , prevent the plann tabling. After arrival at the residency at Imphal, and meeting the Rajah in durbar, who refused most distinctly to give any assistance, I desisted from all survey work.

*নিংথৌজা শাগৈগী মতাংদা শাক্ষিশিংগী মনুংদা লোংজাম্বা রোমা মেজর ঃ-* খৃঃ ১৮৭১ গী ডিসেম্বর তাং ২৮, ৱাকচিং থাগী ৬ নি পানব, পুবর্বভাদ্রপদ নক্ষত্র (থৌৱাইমিচাক ২৫) না পানবা যুমশকৈশ নুমিত্তা ইপুথৌ পাখংবগী লাইমাংদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ য়াওনা নিংথৌজাগী খোইরা ওইনবা য়েনখোম, শিনাম, নম্বুন তাবা কৃতিধবজ খাফম ইনববু ইপুধৌ পাখংবগী লৈমন পীথক্লুনা থা অহুমগী শাক্ষি তৌহল্লি । শাক্ষি অদু তৌবদা য়াওবা মশক নাইবা মীওই খরগী মনুংদা লোংজমচা মেঞ্জরসু অমনি । মতাং অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - " ৬ নি যুমশকৈশদা শ্রীমবুধৌ পাখংবগী লাইমাংদা শ্রীযুৎ মহারাজ য়াওনা নিংথৌজাগী খোইবা ওইনবা য়েনখোম, শিনাম, নম্বুনতাবা কৃতিধবজ খাফম ইনববু মবুধৌ পাখংবগী লৈমন পীথক্লুনা থা ৩গী সাক্ষী তৌহল্লে । সাক্ষী অদু তৌবদা য়াওবা মীদি শ্রীমচা ইবুংঙো যুবরাজ, মকু ইবুংঙো মাইস্নাম লুৱাং নিংথৌ, সৌগাইজমচা লাইফম লাকপা, য়ুম্নাম দেৱান, লমাবম দেৱান, হৱাইবম শঙলেন লাকপা, হাওবম শঙলেন লাকপা, নিংথৌজম শঙখুবা শঙলাকপা, শেলুংফমগী লোংজমচা শেলুংবা নাহা ১ নিংথৌজমচা শেলুংবা নাহা ১ চোংথামচা মুহোদার, বিজয়া গারোৎকী লোংজমচা তোপ মেঞ্জোর, কাঙবমচা, মাইস্নামচা মেঞ্জোর, খুরাইজমচা মেঞ্জোর, মাইবম শঙলেনগী খুমুজমচা পণ্ডিত, ৱাঙ্খেমযুমচা পণ্ডিত, ওইনামচা পণ্ডিত, তাওরেমচা শৈবহনবা, নামোইজমচা য়োইরেন হনবা, লোংজমচা মাইবা হিদং, মৈকামচা অশৈবা হিদং, হৈথমচা য়োইরেন হিদং অসি পুম্নমক য়াওনা তৌএ।" (চৈথারোল কুম্বাবা অহুমশুবা খুৎনম, লামায় ৩৮৮-২৮৯)

*লোংজাম্বা রোমা মেজরবু শামু তোংহন্দুনা য়ুমদা থিনবা অমসুং পুখনবা ফম পীবা ঃ* খৃঃ ১৮৮১ গী জুলাই তাং ২৪ ইঙেনগী ২৮ নি পানবা আর্দ্রা নক্ষত্র (থৌৱাইমিচাক ৬ ) না পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা লোংজাম্বা রোমাসিংবু মিলিটরি ইউনিফোর্ম পিদুনা অমদি শামু তোংহন্দুনা মহাক্কী ময়ুম ফাওবা এস্কোর্ট তৌদুনা থিল্লি । মতাং অসিদা দি লোষ্ট কিংদমগী লামায় ২১৬ অমদি দাইরি ওফ মণিপুরগী লামায় ৩২৯ দা অসুম্না ইরি - "28th Sunday Longjamba Roma Sing was given millitary uniform and was escorted to his house on elephant "

খৃঃ ১৮৮১ গী আগষ্ট তাং ১, থৱানগী ৬ নি পানবা, হস্তা নক্ষত্র (থৌৱাইমিচাক ১৩) না পানবা, নিংথৌকাবা নুমিত্তা লোংজমচা মেঞ্জরবু পুখ্রনবা ফম পীখি । মতাং অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - " ৬ নি নিংথৌকাবদা শঞ্জেনবা পাঞ্জিবু শঙলাকপা থিন্দোকএ । অদু নুমিত্তা লোংজমচা মেঞ্জোরবু পুখ্রনবা থিন্দোকএ ।" (চৈথারোল কুম্বাবা ৩ শুবা খুৎনম, লামায় ৪৫৩) অদুনা মথক্তা থল্লিবা খৃঃ ১৮৫৭ তগীনা খৃঃ ১৮৮১ ফাওবগী চহি ২৪ অসিগী মনুংদা লোংজাম্বা লোমাসু মতমদুগী ওইনা লৈপাক্কী থৌদাং য়াদুনা লৈ হায়বসি ময়েক শেংনা তাকই । মহাকসি খৃঃ ১৮৫৭ গী আ মমাংদা পোকখ্রবসু খৃঃ ১৮৫৭ তগীদি লৈপাক্কী থৌদাং য়ারগা মায়পুননা চেন চোংবা হৌরে । মহাক্কী মতমদুগী সোসিয়েল কন্ত্রিব্যুশন অসি খরা হেন্না কুপশিন্না য়েংবা অমা চংই ।

*ইবদা মতেং লৌখিবশিং ঃ-*


(১) "মৈতৈ পুরান মণিপুর ইতিহাস বিজয় পঞ্চালি চন্দ্রকীর্ত্তি চরিৎ চতুর্থ ও পঞ্চম খণ্ড" ইং ১৯৬৯- শ্রীলাইশ্রম মঙ্গি সিংহ, লোংজম মনি সিংহ

(২) "The Lost Kingdom, Royal Chronicle of Manipur," First edition 1995- L. Joychandra Singh

(৩) চৈথারোল কুম্বাবা, অহুমশুবা খুৎনম ইং ২০০৫- লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ

(৪) " Manipur and the Naga Hills, 1971 Vivek Publishing House, Delhi - Sir James Johnstone.

(৫) Foreign Dept. Pol. A. Jan. 1874 No. 67-77 Report on Survey Operation During Field Season 1872-73, in the Naga and Manipur

(৬) Dairy of Manipur - Nithor Nath Banerjee, 1904.

(৭) Statistical Account of Manipur - R. Brown, F.R.C.S.E, Calcutta, 1874, page 70


---



লোংজাম্বা রোমাসিংনা হিংলিঙৈ মতমদা শিরম্বা নিংথৌনা পীবা মনা খুজি ।



জেনেরেল লোংজাম্বা রোমাসিংনা পায়রম্বা খুসু থাংলেন ।




লমদমসিগী শক্লাইরবা ক্লোলার নুংলেপ্পম শ্যামকহাইনা অই-চে পাবা ।




অরিবা পুন্নারীদা পুক্লিং লুপ্লিবা নাউরোইবম ইন্দ্রমনিনা জেনেরেলগী মরমদা অই-চে পাবা ।




প্রোঃ নাউরেম জয়কুমারনা রোমাসিংগী নীংশিং থৌরমদা শরুক য়াবা ।




ওঝা বীরচন্দ্রনা রোমাসিংগী নীংশিং থৌরমদা শরুক য়াবা ।



মণিপুরগী হীস্টোরিয়ান রাজকুমার ঝালজিৎনা জেনেরেল রোমাসিংগী মরমদা বারোল পীখিবগী শক্তম ।




ডাঃ এমঃ কৃতিনা রোমাসিংগী নীংশিং থৌরমদা শরুক য়াবা ।




জেনেরেলগী অহানবা নীংশিং থৌরম হৌদোকখিবগী ময়ায় তাংবলগী বারোল পীরিবা প্রোঃ য়ুম্নাম মহেন্দ্র ।



জেনেরেলগী অনিশুবা নীংশিং থৌবম হৌদোকপদা ময়াই তাংবল লৌবিখিবা প্রোঃ সাইরেম নীলবীব (ময়াযদা ফমলিবা) অমদি ব্রারোল পীবিখিবা শ্রীঃ কুঞ্জচন্দ্র (লেপলিবা)



জেনেরেলগী অনিশুবা নীংশিং থৌবম হৌদোকপদা ময়াই তাংবল লৌবিখিবা প্রোঃ সাইরেম নীলবীর (ময়ায়দা ফমলিবা) অমদি ব্রারোল পীবিখিবা এমঃ লোকেন (লেপলিবা)





জেনেরেলগী অনিশুবা নীংশিং থৌরম হৌদোকপদা ময়াই তাংবল লৌবিখিবা প্রোঃ সাইরেম নীলবীর (ময়ায়দা ফমলিবা) অমদি ব্রারোল পীবিখিবা সনাথোই (লেপলিবা)

" Sept. 23rd 1879 - This morning Thangal Major, Balaram Singh and Rooma Singh Major called on me and told me that the Maharajah had promoted them to the rank of General. This is a proceeding hitherto unk nown in Manipur and as I think more significance than at first appears. It is in my opinion another sign of the determination of the Durbar to take active steps against Burmah should opportunity offers and viewing in this light. I was very unsympathising when the announcement was made, and while acknowledging the right of the Maharajah on the people to give my nickname they liked, I declined for the present to change my mode of addressing the gentlemen in question."

**Sir James Johnstone**

Rs. 100/-